# নোংহো-লৈহো

(ফুঙ্গা ৱারী)

কাঞ্জৌবম গুলাপবাবু

# নোংহৌ-লৈহৌ

( ফুঙ্গা ৱারী )

অইবা

ফাঙ্জৌবম গুলাপবাবু

ৱাংখৈ লৈকাই, ইম্ফাল, ( মণিপুর )

সত্ত্ব পুস্তমক অইবগীনি মমল লুপা ৩·০০

# কচ্চরি

"অতিঙ্কোক, তিঙ্কাকোক অতিনয়া অহাংবা অমদি অহানবা খোয়ুম লাই হেঃ অপোকপাও।" তাইবংবু ফুরুপ নাইনা শেন্দীবা অপোকপনি পুন্নমক শেন্দীবা মপুনি হায়না তাইবং চানা শোম্নরিবা মিথৈনি ভসি ফাওনা খোয়ুমও অপোকপ তাইবং অসি নপোংনি অহম অকোন নাইনা লৌশিননীরিবনিদো তাইবং লক্তা মপোং ওইনা শিজিন্ন লৈপান থুনবান্নহল্লম্বা ঐবু পোকপীরম্বা পন্থৌ ইপা ফাঙ্গৌবম ৺ইবোতোন মিঙ্গৌথিবা ইপানা খোয়ুম অপোক নকাই পাংথিবা পন্থৌ ইপানা লংজ মরাল লৈনমক তাইবংলক্লী নপারী ঐহাক্না পন্থৌ ইপানা লংজথিবা কোকনিংঙাই, খোয়ুম মপুগী মিথৈলোন মিংলেনশিংবু অইব কোলোইনা (কোংদোক্লুনা) শেরেংজদুনা কচ্চরি অথেন পোংকুম্না পুক্রিং অনি লোংদনা লক্ষেনদবা রাথলগী পারিংনা ইজবা খোয়ুম অপোকপা মপুগী নোংহোরোলবু মিংথোঞ্জদুনা "নোংহৌ লেহৌ" হায়না কচ্চরিবা:—

অইবা—

# ৱাহৌদোক

খিৱেল নোংলুম পোকখাইরক্কুনা নোংহোৱোল অমদি লৈহৌৱোনদগী কোৱৌ-নোংথক্লা পা-ওই মালেম লৈশানা পি-ওই তু ৱা=মমা মপা ওইনা লেপখ্রবদা খোঙুম লাইনিংথৌ অহানবা 'তেংবানবা মপুনা" ময়াই মঙা পুথোকখি:—অতিয়া, লৈপাক, 'ম, মুংশিং অমদি ঈশিং। ময়াই মঙানা শৱারেন শিদবা ওইনা চোংথোকখি। পা চোংথোকখ্রবদা পি-গী মশক ওইনা "লৈমৱেন" শিদবী" চোংথোকখি মপা মমা অনিনা পা পি ওইবগী পুক্রিং চেৎপনা "তেংবানবা মপু"না মপা মমা অনিগী মচা ওইনা "মৈদিঙু নোঙদা লাইৱেন লাইনিংথৌ পাখংবা" মৈগী মওংমশেংবু—মৈদিঙু, তারকপবু—নোঙঙদা লাই পুম্নমক্কগী থোইৱবা—লাইৱেন-লাইনিংথৌ, মপা, মশক খংলবা পাখং ফারবা—পাখংবা" ওইনা শাকোংবিরকই অমদি শল্লাই ৭ লাই মুৱা ৭ চয়োল ৭নচিংবা শন্দোকপিখি হায়বগী পরিংবু লাইগা পোকমিন শাৎমিননরক্লবা তাইবংচা লক্কগী থ্বাইদগী হন্নবা ইবুধৌ ইবেনথৌ হনুবা হনুবীনা মচা মগুশিংদা লাইগী অতোপ অতোপ্পা মিথৈ অমদি হৌরককম পরিং পথাপ্পু ৱাকোকলোন্দগী লিরমই অমহিকগুং মঙাং, লুরাং, খুমন, খাবা, ঙানবা, মোইরাং অমদি শরাং লৈশাং হায়নরিবা শল্লাই ৭ অসিবু লৈকু লৈরাইদগী হৌরকপ নত্তে অপোকপা ফুরুপ্নি হায়না তাকপিরম্বগী ৱারী ৱাখোং শল্লাই ৭না শিংথামরম্বা ৱাকোক

লোনশিং অতিঙ্কোক — ইতি ংতিংনা কোক্লবা, তিঙ্গাকোক—পুমকোক কোক্লবা' অতিয়া — অহাংবা, চিংঙু — অহাংবদা য়েংখিবদা মিয়েংগী অরোইবদা চীংগুম্না উবা, শরিরেন + শরারেন = পুম্নমক্তগী লিরবা মশা ( হকচাং শরি ) অসুম্না গিষ্খেবগই, শিংথাবীরমই হায়বগী ব্লাকোক লোন অমদি ময়াই মঙাগী খুবমঃ—লৈবাক হায়বসি লৈবা মরম্না লৈবাক মথক্তা মৈ হৌই, হোরিবা মৈ অদু লৈবা মরম্না সুশিং চেল্লি চেল্লিশিংলিবা নুংশিং অদু লৈবা মরম্ন ঈশিং লৈ ময়াই মবি অসি লৈনবগী অহাংবা হায়বসি লৈরে, অতিয়া-অহাংবা হায় বসিনা ময়াই পুম্নমক অসিগী অহনবি খ্বাইদগী লুরবা অহন মঙা অসিগী মতিক ময়াই নত্রবদি তাইবং মীনগীনা তুমিং, কাং অমদি নপী ক ওবনা হিংবা গুমদবনা অহন মঙা অসিগী খুভম্বু তাইবংচানা লাইগী থৌওং তুংইন্না শেমজরগা মৈরি থোক্তিবা শাক্তনা লৈরিবা অচাকপা মৈবু নুংশা খরনা কাম্বদ ফুং হৌরক-কম ময়াই মঙাগী খুবম্বু "ফুঙ্গা ব্লারীবু" ব্লারীনকপগী কুমশিং নুংশাংদি শরারেন কম্বাকপু "সুখ" না ইনথংখি হায়বা অদুমুক সুংশাংলে : নোংহৌরোনদগীনা লৈহৌরোন ফাওবগী লাইগী পরিং পথাপ্পু মচা মশুশিংগীদা শাবিরম্বা ব্লারীবু "ফুঙ্গা ব্লারী" কৌই। ফুঙ্গা ব্লারী কয়া তাজরকপগী মনুংদা মৈতৈ শল্লাই তরেৎনা "শরিরেন শরারেন খোয়ুম লাইনিংথৌ শিদবা" হায়না নিংনরম্বনা অমহিকসুং শল্লাই ৭না তাইবং শন্দোরক্তুনা মালেমদা চক্রিক নাক্রিকনরক্লবদা শল্লাই ৭কী চনু নিংঙোল কাওবা মৈদিঙু নোঙ-ঙদা লাইরেন পাথংবা,; লাইনা শল্লাই ৭কী নিঙোলবু তালোই তুংইন তমহুনা তাইবংমীগা খোয়ুম লাইগ শিম্নহুনা "উমং লাইরেম্বী

থোংঙাক লইরেন্সী অমদি "লাইনিংথৌ খোরিকাবা" পোকখি। মৈত্রবাকচা কয়াগী শল্লাই ৭কী তাইবং চনু নিংঙোলবু "মৈদিঙু নোঙঙদা লাইরেন লাইনিংথৌ পাখংবা" খোম্লুম লাইগা লৌন লৈনদুনা "খুন্দা লৈতারম্বগী ফুঙ্গা ৱারী" গী পরিং অমা লিলা অমা ওইনা ইজবা অসিদা মপুং ফাদবা ৱাথল কয়ানা মীপুম তিংনা পুক্নিং পেনবীগ্রবম্ম নোংহৌ-লৈহৌৱোনগী ৱাথন্দা পুক্নিং পরিংবী-গনি নিংজৈ।

ময়ামগী

অইবা, অহানবা লমতা থাংজ ১৯৬৬ ইং

## লিলাদা চৎবা নুপা :—

১। তেংবানবা মপু—অহানবা খোয়ুম লাই ;
২। শরারেন শিদবা—খোয়ুমলাই শিদবা।
৩। পাখঙবা—শায়োন-লাংওন ওম্বা খোয়ুমলাই। মচাওই
( শরারেন শিদব অনিগী শায়োল্লকপা )
৪। ব্লাংব্রেল—অশি খৌরম পুবা খোয়ুম লাই।
৫। হনুবা—খোয়ুম লাইগী শায়োন ওইরবা অহল।
৬। থুল্লাকপা—মকেং থুলগী থুল্লাকপা।
৭। খৌবা—থুল্লাকপগী মচানুপা অহল।
৮। কন্থৈ—থুল্লাকপগী মচানুপা য়াইমা।
৯। য়োং অহল—য়োংয়ামগী শারুপ লাকপা।
১০। য়োং নহা—য়ম্না ঙাংবা কবা য়োং অমা।
১১। য়োংনাও—য়াম্না পিক্লবা য়োংনাও অমা।
১২। কুঙমথৌ—পাখংবগী মচা নুপা অঙাং চহি ৭ সুরবা।

## লিলাদা চৎবী নুপী :—

১। লৈমরেন শিদবী—শরারেনগী শাখাইদগী শায়োল্লকপী নুপী।
২। খোংঙাক লাইরেম্বী—হনুবগী মচা নুপী লৈশাবী।
৩। মকেং চনু—থুল্লাকপগী মচা নুপী লৈশাবী।
৩। হনুবী—হনুবগী নুপী খোংঙাক লাইরেম্বীগী মমা।

# নোংহো-লৈহো

( ফুঙ্গা ৱারী )

## অহানবা উপা

( অতিয়া )

য়াচংবা মতম।

( য়াচংবা মতম ওইরক্লুনা থা, থৱাইমচাক্লা অতিনয়দা ইরং লংনা থোক্লম্বদগী অস্থম অস্থম তাথখিদুনা কোৱোহনবনা নোংপোক মাইকৈদা ইহুনবিরক্লি! অসিগুম্বা শরারেনগী লৈবাক অসিদা তেংবানবা মপুনা তাইব শন্দোকে নিংদুনা খোয়ুম লাইগী অহানবা পরিংবু খোঞ্জেন ওইনা কোলোইনরি )।

তেংবানবা মপু—ঙসি কোৱৌ নোংদা অহাংবা মাপা লোইননা থিরেল পোকথাইমিন্নরকবা তেংবানবা মপু ঐগী শাখাইদগী মৈ, ঈসিং মুংশিৎ লৈবাক অমদি অতিনয়া নখোয় মঙা পুন্দুনা "শরারেন শিদবা ওইনা শায়োন্নগদবনি!"

( মতাং অসিদা নোং তারকই, মুংশিৎ শিংলকই, মৈ তরং ইহৌরকই, অহাংবা হায়বসি লৈবদগী মলেম লৈশানা কংলৈপুং ময়োন ওইনা ঈপাক-ঈচাওয়াইদা ফাওগৎলি )।

[ শরারেল শিদবা অহাংবদগী শাকোংখিরকই ]

শরারেল শিদবা- তরং নোংদোলনা শাবা ওইনা সনজিংবু নাওকোনবা ইবুধৌ অবোইবনি থঙজগে তাওইহৈরোইনি হায়জগে। অরাপ্পবু লৈকবা অনকপবু লাইদবা পিকপা চাওবা ননিংনি, শিম্ম থুংনা লৈবনি লাইনিংথৌ হৌফম লোমকম লৈকবা অঙানবা মপু মিতম্ফম অমম্বা মপু হঙ্গ-ফম খোঙ্গেন য়াইবী পিনবা মপু ও। তাইবং মালংগী তখোঙ্গেনবু চিংঙু নাপ্প থে না শহুম খঙ্গেন্ননিনবা চিংঙু স. ... খা ভোংলৌ থম্বাল অনিদা তাংজ ইরাই লুকা খুরুম্দুনা খোঙ্গেম্নজরি অতিঙ্কে ক্ মপু ইবুংঙে! (খুরুম্বা)

তেংবালবা মপু—শরারেল শিদব, হৌজিক্কি মৈ, ঈশিং, নুংশিং লৈবাক অমদি অতিয়া ময়াই মদানা শরারেল শিদবা নং ওইনা কেপ্পনিনা মুমিৎ, থা লরাইমিচাক অমদি মাইকৈ ভাকপা লাই ৯ সু লেপখ্রেদে অদুনা কোক ফরাই লেম্ফুনা ফৌশিল অচুম্বা থৌদাহল্লগা তাইবং সেম্মনবা নিংবগী মথা পোল্লবা এবু অহানবনি নিংজদুনা মপুগী খোদা ইল্লু।

শরারেল শিদবা—খোয়ুম মপু লাইনিংথৌ ইবুংঙো. ননাই ইশা ইদোম্না তাইবং শেম্লগা মতৌ করম্না মপুগী শিম্থ মপুং কাদুনা লাইনিংথৌগী পুক্নিং পেন্না মাংসোক্রবিগনি অহানবা ও'

তেংবানবা মপু—শরারেল শিদবা নংগী পুক্নিংসু এহাক্না ওইবনি অদুনা নংগী ওইথংব শাগাইদগী তাইবং মাগী ১শক ওইনবা লৈমা অহানবী লংরেন শিদবী (পুথোক্নো) শাথাইরে অদুগা ঈঙ (থাগী) নোংমা পানবা মুখিঙ্গী পলেম সকপি মালেম লৈবাক্না পলেম লমানক্নি নিংদুনা লাইজ ঈতু.ফম ঈশাইকু থনা

শাজো ও ! ঈশাইফু অদু লাইজ ইকোইরেন্দগী ঈরু-ঈশেং শোক্তুনা থমউ, ঈশাইফু অদু ইয়াই য়েংনা লাইজ ঈশিং হাপ্তুনা মথুম চেৎনখুমদুনা থম্লগ। পলেম নমামক্লি খন্দুনা পাইমা মুংদা চেৎনা কোন্দুনা নিংজো ও। ঈশাইফুগী মথক্তা হাংলিবা অদুনা কোরৌ নপামক্লি নিংজো ও। পলেম পন্থৌ শকপা শকপি ঈশাইফু অদুবু খাদা কম্বাল সেম্মু থক্তা থাকল খল্লু চুক মরি য়ুংদুনা লংহিং লংজা ফুরেৎনা কেংঈশিংগী লৈশং নাপু হৈরাং লৈরাং মৈরা মেক্রুক কংলু পুক্লিং অমত্তা ওইনা লেপও, লাইগী অসেংবা পুক্লিং ফংগনি ; মঙাং লুরাং অমদি খুমল, মতমগী খোবুরেল ওইবিবা খোয়ুম নোংদম অহুম্মু মশক খঙনা নিংজবা ফংগনিএ তাও শরারেল শিদবা থোগায় পরিং কাইদনা তাইবং সেম্বা নশিল থাবনা নংগী নথৌনি খঙউ হে: শরারেন শিদবা অদুগ তেংবানবা মপু ঐগী থোওং পরিং থৌ, পুনা নশাগী কায়ৎ মশক খঙউ, কোরৌ পন্থৌ নপানা, মালেম লৈখোম্লনা মিৎয়েংনরকপদা মলেম লৈশা পলেম নমানা হরাও য়াইবী মরাং কাই থরাইনদুনা হিংলিবা পূম্বা শংব্রেননা য়েন্নিং হুল্লক্তুনা কোরৌ পন্থৌ নপাগী মিৎয়েং মিৎচানকম ওইদুনা মপি মপাগী মতৌনি হায়না থোওংনরিবা অদুগুম্না নশা হকচাং কায়াৎ মুংদা য়াইবী থরাইগী মপু তাওহৈরোই মাগী তুথুপ কুমনা "খোইরিল লিন্সাং" মানা থোয়রিনরিবা, খোয়ুম লাইগী খুবম কায়াৎপু ইপাল লাংনা খোয়ুম লাইরেন মাগী শাথেক মতৌ তম্না অমদি কোরৌ মালেম অনিগী থৌওং শৈদম লাক্ন শিদবা-

# নোংহৌ-লৈহৌ

শিদবী নখোয় অনিনা লমতা ( থাগী ) থাবুংযাই "চৌংথৈরোল" চোংনা থরাই মাবু য়েন্নিং হুলহনকদবরা ? ময়াই মঙানা ওইরিবা থরাই য়াইবী মঙা অমদি নশা হকচাং মিরেলগা থানা তরুতমকপু খোয়ুম মাগী পথাপ কাইকদ পি-পা ওইবগী তাইবং চেনচোংনা ঈতাওননা পুক্লিং ( রাথল ) তাওরুবা য়াইবীরেল মাবু মিকোল থাগোম্নদুনা থরাই মাবু নাওকোল শৈশল্লদুনা নশা হকচাং রাথল চিথোক্লা লৈশা থেন্দা কুম্ রাথল-পুক্লিং চিথোক্লবা থা "শক্তিবু" অমদি কালেন থাগী থাশু কাওৈদগী শিদবা শিদবী নখোয় অনিন তাইবং শেমনিং-ঙাই হিরি কোনকদবরা ? ( শিদবা তেংবানবা মপুবু নিংনা হি কোম্না লৈ। লৈমরেন শিদবী শাকোংলকই তেংবানবা মপুবু খুরুমজৈ, লোইননা লৈমরেন শিদবী মোমোল্লবা মাইথোংগা লোইননা অপাম-নুংশি ঈথো লাংনা শিদবা মথংলেনবু শাথেক-শা-ওং উৎনা শৈহৌজৈ শিদবা শিদবী অনিমক নুংশি থোইনা মিংয়েংনজৈ )।

*Light off*

# ২শুবা উৎপা

## ( সর্নাজিৎ তোলেন )

অমুক মুমিৎ থোক্কিবা মতম।

অহাংব চীংদোম্নি, লৈচিন নোংকাইনা পোমাই ভুরি য়েংবদা শরারেল ফম্বাক্কা চাংদমনিংঙাই ওইরি। মালেম অঙানবনা নোংদম্ভুনা অমুক্কী নিংথিব উৎলি য়াইরেক ভুমখুন তালন্বা পোম্বি চেক্লানা মিকপ থোক্লিং থোকমাং তৌরক্লুনা মুমিৎ খুদিংগী হৈন-রকপা ওইনা ময়ুমদ য়াহিপ্পন মপুনা পিনম্বকপ মশাগী খোঞ্জেন্না মঙাল মশক উদ্রিহৈনা মথৌশ রোল কাইদনা মাগী খ জবা মরোলনা মপুন নিংথৌ শোন্দোক্লরকপস্তু য়াওরি, অসিগুম্বা মতম অসিদা মঙাল মসেক্কা লোইননা শিদব-শিদবী অনিমক মপুগী থৌগায় পুদুনা কোরোগী অরাংবা লাকশিন্না য়েং, মালেম লৈশা। তম্ মপুগী ফৌরোইবু অপক্লজরি।

শরারেন শিদবা—হেঃ লৈমরেন শিদবী তাইবং মালং শিন্থা ওইরিবী ভেংবানব মপুগী থৌওং পরিং পথাপ্লু নং ঐনা ৱারিনতুনা মপুগী থৌগায় শিল্লমনবনা ইথৌনরসি। ইথুংঙে মানা মৈরিগী মতৌ ওইনা লেংঙকই "মৈদিংঙু" তারকপবু "নোংঙদা" লাই পুম্নমক্কগী লাই ওইরবা "নোংঙদা লাইরেল লাইনিংথৌ" অমনা তাইবং পানবা শন্দোকই হায়দুনা "শন" কৌরবা ইবুংঙো মানা হি-য়াই থরাই ওইদুনা হিংহল্লি (চংহল্লি) হায়দুনা "হি" কৌরবা শনববু="শন" হিংহনববু "হি"

সনহি = সনামহি কৌরবা ইবুংঙো মাগী থৌদা পাংনবা ( পাংথোক্লবা ) লাইজ ইতুংক্ষম ঈশাইফু লাৎলবনিনা নোংহৌ-রোল পৃরিংনরবনিনা, লৈহৌ শিন্থা পাংনবা মপুগী পুক্লিং মায়দৈ পাংলসি ইবেম্মা।

লৈমরেল শিদবী—নোংহৌরোল থৌগায় শিন্থাবিবা ইবুংঙো, ইবুংঙোগী শমু হকচাংগী শাথাইদগী থরাইনরগদব তাইবং কয়ানা ইবুংঙোগী থৌরম শিন্থা পুন্নমক শিনপাংনজহৌনবা থৌবম কয়া ননাই ওইবিদা তাকপিদুন মতম অল্লমগী শিন্থা পে'রম কাইদনা কুবিগনিদো ইবুংঙো। নভাং লুরাং অমদি খু-ন্ মতম অল্লম নুংদা অঙ'নবা মপু মিতমক্ষম অমম্বা মপু হঙ্গনক্ষম তেংবানবা মপুগী িরেল শক্তম ওইরিবা অমদি অহাংবা ওইনদি শক্তন লাক্লরিবা ইবু ঙে' মানা সল্লিবা থরাই-নরিবা পুন্নমক্কা য়ুমলেনগুমলবা মপু মাগী পিবুক্রুংদা মথৌ শিন্থা পাংনবগুম থরাই পাশব পুন্নমক্ক অমম্ অভান খংনা অঙ'নবনা ( থরাইনরিবশিংগী ) শিন্থা মতমনি অমম্বনা থরাই হকহাংবু পোথা মতমনি খংননব অমম্বা মপুনা নোংচুপ ষন্থোং প্যাংনা মপু মাহাক লৈরি তাক'পবগুম, লেংদনা লেংবা শানা থৌওং পরিংনবিবিবা অসিগুম্না তাইবংনা মপু মাগী থৌওং থৌদৌ পরিং লাকশিঞ্জহৌদুনা য়ুম কৌবা শংলেন্নুংদা তাইবংগা প'না শাংথ য়াতাক্ষম পাবন শগায় শাদুনা মপুগী থৌগায় থৌইঞ্জুনা তাইবংনা মতৌ তমজহৌনবা অমদি তাইবং শন্দোকপিনবা পায়মা পুক্লিং লিশাং থানা তেংবানবা মপুগী লাইপাও তুংইল্লসি নোংহৌরোল থৌদ শিন্থাবিরসি ইপুরোই।

( মুপী ওইবিগী হৌনশা মোমোন্নবা মপুরোইবগী শমু নাক্ত অপক্লংৈঙ্ঘ )

শরারেল শিদবা—লৈমরেল শিদবী ইবেম্মা, নোংহৌরোলদগী তেংবানবা মপুগী শিন্থা পি-পা নাইরক্লবগী তুংইন্না তাইবংচা পুম্নমক পি-পা খাইত্নন তাইবং সম্লগদবনি ইবেম্মা।

লৈমরেন শিদবী থোগায় মপুগী পুক্লিংদি অহানব থংগী পুক্লিংনি ননাই ওইবিগীনা থোইজ্ঞবন ইথোদাং ওইজবতনি।

শরারেল শিদবা—অদুদি লৈমরেল শিদবী তেংবানবা মপুগী খুভম ফানখোং নোক্লা থৌনিজবনা নং এগী শিন্থা ওইদবরা ইবেম্মা।

( অনিমক মপুগী থৌনিজরি )

শিদবা-শিদবী—হুং শিদবা ইবুংঙো অপক্লনা লোইনরিবা পোক্লেন পোকপা শাংলেন শাৎপা য়াইবী কোনগী ইবুংধা কোন্সেং স্না পিবারেন সনজিং ফম্বাল মহিরেল ননাই অনিগী পুক্লিং থংবিদুনা পারি শায়োনবিদুনা ননাই অনিগী মাংসোক মাংদা উসোক্লহনবিরো দে !

তেংবানবা মপু—শরারেল শিদবা লৈমরেল শিদবী নখোয় অনিনা লাইজ ইতুংফম ইশাইফু লাৎপনুং সনাই তরেৎকী মপা ওইনবা শায়োল লাংওন হেমলবা নপারী 'পাখংবা" নচাবু মাংসোক উসোক্লজরো, লৈহৌবোল থোগায় শিন্নদুনা তাইবং ওইনা শায়োলহল লাংওন ওইনা পাউরৌনা লৈতা খুন্দাহনবনা শিদবা-শিদবী নখোয় অনিগী নপৌ শিন্থা ওইদবরা ?

( শিদবা-শিদবী অনিনা মপুগী লাইপাওবু চরৈ ফিগাও সানা

য়াদুনা কোইক্লে, খোয়ুম লাইগী মতিক ময়াইগা লোইননা শক্তম চাওনা পাখংবা শাকোংলকই )।

পাখংবা—ইপারেল শিদবা হে: ইমারেন শিদবী তাইবং মালংদা সল্লিবী সনা কম্বাল ওঠরিবী য়েন্নৌ হুনবী ইমা ও, পলেমগী শক্তম খঙজরে পম্বাগী মাইথোং উজরে, হৌজিক্তি নপাবু তাইবং শাকোংবিরবনিনা ইথৌ শিল্লম শিন্থ পিনবিরো পোকলেন পোকপ শাংলেল শাংপি ইংারেল।

শরারেল শিদবা—পারি ইবুঙো পাখংবা ! পাখং ফারবা পারি ও ! নথৌ পোগাম্ন শিন্থরগে নিং, পম্মৌ নপা ঐবু শকথংননা থৌথিররে, পলেম নমাবু মশক থংনা শিল্লংলরবনিনা পারি নংগী নথৌ শিন্থাদি ......লোই-শম্বা নাইফদবনা থরাইনরিবা পুন্নমক ঙ-ওন শা-ওন্ননা শায়োন লাংওনগদবনিদো পারি। সল ই তরেৎকি মপা ওইনা মপুগী কম্বাল থাফদনা মালেম লৈদা সলাই তরেৎ লক্তা শায়োল লাংওন্দুনা তেংবানবা মপুগী লাইপাও তুংইন্না তাইবং মি শায়োম্নবা নশাগা শাগোম্নরক্রবা অহনবা মপু মাগী মচু চুম্বেল তরেৎমকা লোইনরকপগুম পারি নংনা লাই পাখং তরেৎ লাই মুয়া তরেৎ তাইবং ওইনা শাকোংহনবা মতম ওইদ্রিবরা ? অসি খিরিক লোইননা তাইবং লক্ত শাকোংদ্রনা চাদ-লাওদরমদ্রবদি খোয়ুম তাইবং মরি থক্লিংঙাই ওইদবরা ?

পাখংবা—হুং: নোংথৌ অতিয়া শিদবা ইপা-ও ! হিং: তাইবং য়েল্লিং হুল্লিবী অভিমন্যু ইমারেল শিদবী পলেম পম্মৌ অনিগী

নোংহৌ-লৈহৌ

পাখংবা—পুক্লিং পুময়ান কাইদনা থুমখোইরব নয়াখংবু চরৈ ফিগাও
শানা য়াজরিএঃ হৌ: হেঃ অহাংব' লোইনা ফম্বান্নরিবা
ইপা থৌবুরেন শিদবা ইমা থৌবুরেনবী ও !

---

*Light off*

# তখুবা উংপা

(লাইরম লম্বী, চীংনুং)

মুমিদাংরাইরম

( মকেং চন্নু লোক্ত ঈশিং শোকপা কুমথখি পাখংবম্নু শাফো বিরকই )

পাখংবা—শরারেন শিদবা ইপাগী য়াথং তুংইন্না মপুগী নোংহৌ-
রোলদগী শায়োনবিরক্লিবা সলাই ৭, য়েক ৭, অমদি
চয়োল তরেৎপু তাইবং চানা অপোকপনি সোন্ন—শরুহৌনবা
পাখংবা ঐনা শরিরেন শারারেন ইপানা পাখংবা ঐভোন্দা
সলাই তরেৎ মঙাং, লুরাং, খুমন, খাবা-ঙানবা, মোইরাং
অমদি শরাং লৈশাংগী মহৌ—শায়োনগী ঈঃ মপা ওইদুনা
পাখংবা ঐনা শায়োন শাহুম তমদুনা পাখং সোইদা লাই

প্লাখং তরেৎ লাই মুরা তরেৎ মিৎয়েং মিতম লাক্লা অমদি তাইবং চাগী ফুরুপ লাইনা পি পা খায়না অপাম নুংশি রাচাননা থম্মোয় ইহুন্নহনখিবা কুমশিং নুংশালকপা তুংইন্না মালেম অসিদা সল্লাই ৭ কী তাইবংচানা চক্রিক নাক্রেক্লখরে। অড়বু খোইযুম তাইবং মরি খক্তনিংঙাই হৌজিক্ত মকেং হাওবা ফুরুপ লক্তা তাইবং চনু অমা তালোয় তু-ংন তমলগগে ! তাইবংগী মহৌশাগী শকম ওইনা লৈপান খুনথানলক্লবা মকেং তাইবং লক্তা শাকোংলুবগে। (পাখংবা তাইবংগী শহুম ফংই, লোইননা মকেং চনু হাওসম মনুংদা ঈশংনা থল্লবা রা-উতোং পুড়ুনা লোক্লুংদগী কারকই পাখংবা উবদা মুন্না য়েংড়ুনা উতিংগুন লেপ্লা মিৎচাননা লৈ )

পাখংবা—তাইবং চনু ইবেম্মা ঈশিং খোং কুমহুনা লাইজ ঈরু ঈশেং সে'ক্লুবা অরানরমলগনি ঙাহক পুংগোই অরা শাখোদনা !

মকেং—আঃ নুংখংজনিংবা মুরা পুক্লিংগী ইখোঙ্গেল খোক্লা তম্বা ওইবা ইবুং নকাইদা রাহংনজবা রারৈ থুপচানবিদনা লাউ-খুম্বিয়ু ইবুং ; পানগী শক্তম (মিৎয়েং) লকচবদি তাইবং মীগুম মাংসোক্লে অড়গা ইবুংগী মতিক উনমক্তি খোয়ম লাইগী মতিক্কি অসে'বা কোলোইনবিড়ুনা মকেং লৈহৌ চিংশাংদা পোমশাৎনজবী মকেং চনুরা ওইবীদা খোয়ুম লাইর

তাইবং মীরা অশেংবা য়ারানা পাওখুমবিয় শকথংদবা ইবুং ও !

পাথংবা—মকেং চনু শকহেনবী অচুম্নবা য়ারানা নুরাগী পাউখুম পিগনি। নুরা চনুরা ইবেম্মা তাইবং লক্ত য়ারা খোঞ্জেল খোন্থোক্লনা কোলোইনগে নিং মপুগী থৌগায় শিন্থাগে থন্ তাইবং নিংথোল নকাইদা শাকোংলরিবনি ! চনু নিংথোল ইবেম্মা নুরা নমাংদা লেপ্তুনা মাংসোক্লনা রাচানরিবা ঐহাকসে খোয়ুম লাই হায়না তাইবংচা নখোয়না মিথৈনরিবা অদুনি। থরাইনদুনা হিংলিবা তাইবংগী "খোয়" কোবা মফমদা মপুগী ফানখোং শোক্ল চুকলেন মরিবু তরেৎনবা মশিংনা তুথুপ্পনা য়েন্তুনা শঙ্গাই নুংদা লৈবিবা মপু মাগা শাথাইদগী ওইখিবা "খোয়ুম-লাই" হায়বদুনি ইবেম্মা।

মকেং চনু—তাইবং পিবুক্লুংদা য়াইবা থরাইগী মশক ওইবিদুনা মপুগী ফানখোং শোক্লা লেংফদনা লৈবিবদি খোয়ুম লাইগী পবি নি অদুবু পান খোক্ল তাইবংচা নাক্ত খোয়ুম শক্তম উৎপিবনি লাইগী চৎনরম কাইদবরা ?

পাথংবা—তাইবং চনু ইবেম্মা খোয়ুম লাইগী চৎনরমদি মপুগী পুক্লংদা তিনখিনিদো মপুগী শিন্থা ইন্না খোয়ুম তাইবং পুন্না লিকফাং পরৈ থাংনরকপনা অমদি তাইবং লক্ত শাকোংদবা য়াদবনা মকেং চনু শকহেনবী নুরা চনুরা ইবেম্মা নংবু খোয়ুম লাইরক্ত তিন খুন্দা লৈতামিন্নদুনা নংগী পারি নমোম্মা পান্দ শকপান্নদুনা মালেম আসদা চাদ-নাওদা হৌদুনা থুনবান

লৈপাক্স হৌনবা চনু নিঙোল শকহেনবী অপাম-নুংশি থারোৎ-নরিবী নহাকপু তাসোই শিংদা চল মপুগী পুক্রিংবু থোগায় য়ান পাখংবা এৗনা অপাম-নুংশি লংলবা নুরা পায়মা নুংদা লৈশেন্না মপুগী পরিং থিংক্ষদেদো ইবেম্মা। তেংবানবা মপুগী পুক্রিংনা অপোক অশি য়েংনিংবনা তাইবংদা মপুগী থরাই য়াইবীরেন্না "মী" ওইনা শাখাইবিদুনা 'লাই পাখং তরেৎপু পাখং সোই" দা শায়োনবিথিবা নুরা পায়ম নুংদা ব্রাকোকলেন ব্রাংঙু নিংশিংক্ষদবরা? অদু খিবিক ওইনমক নিংঙোল ওইবিগী ব্রাখল পরিং তিংনা য়েক্ত-সলাই তারু অপাম লৌথু়দনা নুংশি লোকোৎনদনা কোলোই নপাওনরোগবা নুংশিনু?

মকেং চনু—নুঙ্গাগী য়েক্ত সলাই লেন্দি "মোইরাং" নি অদুগা শকপান্নবা কোলোইনবিরিবা থোয়ুম তম্না ইবুংগীদি........?

পাখংবা—নুরা ইবেম্মা শকহেনবী পাখংবা এৗদি মঙাং লাইনিংথৌগী সলাই লেন্নিদো সনা মচুনিদো। হৌজিক্তি ইবেম্মা মপুগী পুক্রিং লিশাং থা-না অপাম পক্লা কোলোইনা নুংশি পন্থেংননা শৈশক্তুনা মহৌশারোল কাইদনা খোয়ুম তাইবং পাল্লোই-নরসে!

মকেং চনু—অদুবু খোইমুম ওঃ তাইবং ওইনা লৈশাৎ তমজরি এৗনা থোইমুম লক্তা তিল্লবদি পোইরৈ করি লমদমদা খুন্দা লৈতাদুনা পানগনি? অদুগীসু মথক্তা ইথুনসু অপোকপা লাইগী ঈরাৎ থৌরম কৎকদবা কোরৌ মশিং নক্লে খুঙ্গা।

হরাওবস্তু লোইদনা খোয়ুম লাইগী তুংইঙ্গম্স্তু ঙম্ফদে লৈহৌ মকেং ইখুল পোকপা অপোকপা মাগী কুমওলগী অথেল পোংলম কল্লি, কুমওলগী থৌরম পাংথোক্ল হরাও পুংয়োন্দা লমদাইনদ্রিভেদা ইখুল থাদোক্ল খুল্লাম্নরবদি ইখুঙ্গাগী চংনরম কাইবা থোক পন্থৌ ইপাগী রাখল পরিং থিংইমান্নবী কয়াগী শাজং কাইনা লম ফাংপথোক পলেম ওইবিশিংনা লমকেং-পিনি শোম্নহৌগনি নিংলুবনা নিংঙোল পুক্লিং ওমলাং চঞ্জেদো হে' খোয়ুম অপানবা ইবুংঙো!

পাখংবা—ফরে ইবেম্মা লাইগী পুক্লিং খংনা পাউথুম্বী অপাম-মুংশি কাদা অমক লাং থাককদে হয়েং নখুনগী থৌরম মপুংনরকপা মালং ইচিক খংগোন লাং মুরা নাপ্পদা পাউথাংনরক্কুনা নিংঙোল পাইমা মুংদা অপাম ঈরিক সৌরক মুংশি কে ঙোম্ন-রক্লবদা মুরা ইবেম্মা মুংশিনু পাখংবা ঐবু নিংশিংলকউ মতম মুংদ্রুদা মুজা নংগা অপাম রাচানসি মুংশি পল্লেপ্নসি ইবেম্মা।

( পাখংবা খুপখিবা )

মকেং চনু—খোয়ুম লাই ও অপানবা পুম্নমক ইবুংঙোগী খোশিন্নি। তাইবং রাখল মপুংনদ্রিবী মুজানা করি মুংখং মপুংলগনি খোয়ুম ও!

*Light off*

# ৪শুবা উৎপা

## ( মকেং হরাওপুং )

য়াচংবা মতুং।

( মকেং হাওখুলগী হরাওপুং ওইনকম নিংখিরবা থেল অমনি লৈ চরোং অমদি উশা কয়ানা কোইনা য়ুংদুনা পন্থোং থিংলি : ফৌনচিংবা মনা মশিংনা অখেল থেং ওইনা খোয়ুম লাইগী তমলি। খুল্লাকপা ময়াই ফমদুনা খুঞ্জাশিংবু মপাওনরি মকেং চনু মপাগী য় কোক লানশিল্লি )।

খুল্লাকপা—খুঞ্জাশ খোয়ুম লাইগী লৈঙাকলোন তুংইন্না তাইবংদা "মকেং হাওবা" ফুরুপ ওইনা খুনবাল লৈপান্দুনা মপুগী পাফল্লি নিংজবা "থরাই য়াইথারেল" মহক্কা ঈরুপ্পনা লেংদনা হকচাং কায়াৎনুংদা লৈবিনবা শিল্লম কয়া শিন্থাদুনা মালেম লৈশা ইমানা মহৌশারোল কাইদনা শায়োনাবরিবা মালেম ইমাগী মশাদগী থোরকপ তাইবা এবোয়না খুজেং কারল হায়না ইহুঞ্জদুনা মালেম ইমাগী মশাদগী ঈকাইরকপগুম মপাল মহৈবু মরোংনবিরক্লুনা তাওজিং খোংজিং কববা হৈরাং মমুল ফারবা অমদি চেং কো নম্বো মনাবু ইথুম থোংবা ইরাল ফৌ কৈদা পৈজবা মালেম ইমারেলগী চায়োক্লিদে অদুনা অতিঙ্কোক ইপা শিদবা মালেম ইমরেল অশিগী ফম্পাক থক্কা হৈরম ৭ লৈরম ৭ কথোক নাচন ৭ লমচৈ মতোন ৭, তাইরেল

পুংক্নাইনচিংবা অমদি চেং-ক্নৌ থুম্মোক চোন্না থেন্দুনা কোরৌ অতিক্কোক ইপা অহাংবা লমজাওবু শমু মশা ওইবিবা অমদি তাইবং হকচাং কাওনা লিরি খোংদোইবিরিবা মশক মওং খংদনা তাইবং হকচাং মুংদা "শ্বর" ওইবিদুনা মশাগী মশানি তাকপিরিবা পৌবু অপোকপা মকাইদা অথেল পোৎলম সুনা খুৎসেম্নদুনা কৎ মকেং খুঞ্জানা লাইবৌ চোংনা শাথেক্নরসি !

( খুঞ্জা ময়াম য়াবিরে য়াবিরে হায়না লাওনবা )

মকেং চনু—পন্থৌ অপোকপা, পন্থোগী ইংখোল চাইগোইনুংদগী অনৌ-অপেন য়াওনা সুনা হেক্কুনা হৈরাং লৈরাং সুনা থেল চীংঙু লাইনিংথৌ মাগী ফম্বাল নাক্তা থরাই থক্তা লৈহাপচদুনা লৈহৌ মকেংপুং ময়োল চীংঙু লাইনিংথৌগী খুবমদা থেঞ্জরে, ফুহিং চফু নুংদগী "খরি য়ু" সুংজরে খোয়ুম লাইনিংথৌগী অথেল পোৎলম চিংথফদবনা খুঞ্জা পুন্নমক্না লাইনিংথৌগী লৈহৌপুং মাংদ থেল্লরে ইপা !

( মকেং খুজা পুন্নমক্না অথেল পোৎ কংলি )

খুল্লাকপা—হেঃ লৈহৌ মকেং পোক্নফম চীংশাং কেংলেন অরোংবা মকেং চীংশাং মিথৈনবিবা অপোকপা পেংকলেন পোকপা চীংশাং ও ! খুঞ্জা ঐগোয় খ্বায় চংনা অপোকপা মথোং থাদা কুমজাগী অনৌ অপেন কচ্চবা লন কুশিয়ু নিজবা মপুগী পুক্নিং কান্না লৌবিয়ুকো লাইনিংথৌ ।

( শেনবুং য়ৈনা থাংগী থাংহাই তাগী তংহুম্নদুনা হরাওপুং ময়াইদা জগোই শারি মকেং চনু মথংলেন মমানগী রাথম্নরুবনা

জগোই খুথেক কাইনা মমান্নবীশিংদগী তোপ্ন শারকপদা মপা খুল্লাকপগী মপুক্লিংদা লাইগী থৌরম কাইয়ে নিংদুনা মুংনাংবনা মশাগী ক্ষমক্ষমদা নে—তানা ফম্না ভমদে খোইরাং খোইশাওনদুনা নোংথক্কী "অথাক-অরাও" তারক্পগুম য়ারা মপাওনরকই )

খুল্লাকপ —ইমোম্নু ।

মকেংচম্নু—(মপাগী খোল্লাও তাবদগী শৈশক শৈহেক্কা লোইননা জগোই শাথেক হোংনা শাই )

## ঈশৈ

খোয়ুম ও অপোকপা
হাদা খোয়ুম অপোকপা
পলেম মাগী পিবুকনুংদা
লোইদাম থাজ তরানুংদা
খোয়ুম নংনা শায়োনবিবা
মপোক শায়োন তরানি ;
শায়োন তরানা মপুংনরক
ইপান লাংন ইক্কোংনরকই,
খোয়ুম উ-শোক্লগে রাখন ঈথিজরুবা
মকেং লৈমরোল নমোমশিংনি,
খোয়ুম মিংলেন ফম্নি মিথোনজবা
মকেং হাওবা মোইরাং সনাইনি ।
মৈ তরং অপোকপা,
ঈশিং তরং অপোকপা,

সুংশিৎ তরং ঈ'পুও
লৈমরোল পায়মা শৈশক থেং
থমন্নু' পিবুক থ'না
কুবিয়ু খোয়ুম লাইগী পরি'না
ওঃ কুবিয়ু কুবিয়ু দে।

(হরাওবা লোইরদুনা লাইগী অথেনপোৎ পুন্নমক কাইথে কই মকেং চন্নুনা খুল্লাকপা মপা অমদি খুঞ্জাশিদা লাই॥ লুকলেম য়েল্লি য়ু-কোক্লচিংবা পিরি)

খুল্লাকপা—ঙসি খুঞ্জা পুন্না লৈছো মকেং চীংশাং ঈরাৎচবদা করম্বা থরাই পানবা কননা খোয়ুম লাইমাং লমলাল্লুবন. ইমোম চন্নু মহাক্ল জগোই খুথেক কাইখিবা অমদি চীংলাই মান' ইজুন মথি কোংবিদবনো। ইখুঞ্জাগী পারি ইমোমনা মখোয়ন করম্বা নবুক্লিং লফেনরুবনা খোয়ুম লাইন কুবিদ্রবনো য়াব্রা কোলোই থুপচানগন্নু পাইমা নুংনাং-মৈ মুংঙমদ্রে হায়।

মকেং চন্নু—পন্থো, (কুম ওনগী) কুমওন খুদিংগী খোয়ুম লাইগী অথেন পোৎ লাংবদা চীংলাই মানা লন কুবিদুনা চাকহোং ঙাহোং হনবিদুনা খুঞ্জাগী অরা তুরৈ ইরৈ চহলনবিদনা চীংলাই মাগী শাইগোম্নুংদা পন্থো ইপা খুল্লাকপদগীনা নব্রা অঙাং কাওবনা পলেম পন্থো শাগোমদুনা পুন্সি নুংশাংননা মকেং চীমায় থেন্দ নোংদম্বা মাগী নোংদম খোন মায়োক্লদুনা খুঞ্জা খ্বাই পুন্নমক খোয়ুম অহানবনা লাইজ ঈপাক লান্নবা ব্রাথন্নরকপদা খোয়ুম ল্যাইনা ইহান হান্না উথি হায়দুনা "পামেন উ" মিথৈবিরমলবা

অমদি লৈমনাই খুন্দা অহানবা মহাক্না শাদোংদুনা লাই ঈপাক লান্নথি হায়দুনা ' হি" কৌথিবা পামেল উজাওগুম মরা চেৎনা লৈতাত্তনা পাল্লিবা মকেং ইথুন পোক্লকপ্নি! নমোম ওইবি ঐখোয়না করম্বা পুক্নিং চেক্তনা ঐখোয়গী ওইবিবা মপু মাগী পিবুক্লুং থরুম হকচানবিবা নমোমশিংগী পাইমা ফুম্বংনখিবনা ব্রাথল লমুক্লজেদো অপোকপা।

খুল্লাকপা—খুপ্পাশা তাও কুমওনগী ওইনা হরাও তয়ামদুনা লাইবৌ চোংনা চীংলায় মাগী অথেল পোৎলানবদা লাইগী থাজবা ইত্তন কংদ্রিবা লাইগী শউম মথি কোংবিদবা অসিমুংগীদমক হম্বেংগী কোরৌ নোংজাদা লাইগী খুবম মকেং চীংমুং হুৎ খোংদোইদুনা লাইগী ওইবা চিঙ্গাক তম থম্বোম লাক্ল চবাম্নদুনা অদুবৈঙে খোয়ুম তাইবং হায়নখিবা খোয়ুম লাইগী নাহৈরোল শরু মিখৈজদুনা পোৎলম স্থনা তমলগা ব্রায়েলপুংদা ব্রারেপ্ন-গনি। খোয়ুম লাইকাও তুংইম্না শারম ঙারম অমদি নমু তাইবং ওইরবস্থ শরেল চনগদবনি খংজো।

থৌবা—পন্থৌ, লাইগীদমক তমগদবা পোৎলম ঈরাৎ-থৌরমগী চংগদবা পোৎচং স্থনা কৎনবা শারম কয়া ঙারম কয়া চিথক্কদবনা শামাম্নবা কয়াগী মাং থা-না চোংথোক্তুনা য়াইবী মাংথ্রবস্থ চিংন পরৈ থাংলরোইদবা নথা থানা লৈজরিবা নপাল্লি মকেং থৌবনা লৈহৌ মকেং চীংলাইগী পোৎলম স্থনা পুজরক্লগা পন্থৌগী অনিংবদি হোংক্কদবনি নিং ইপাগী য়াথংবু কোরৌ থক্তস্থ তিনখিক্কদে মালেম লৈদস্থ তাকদে খঙন চরৈ কিগাও

ফিয়োম্নগে ঙায়জরিবা মপারি অহল থৌবনি অপোকপা।

খুল্লাকপা—পারি থোবা নং পোকচবনা ইপানা খোয়ুম লাই মিথৈ কাম্ন শক চীংগু অহানবা মপুবু ঙমদাইনজরিবনি। তাও পারি ঙসি কোরৌ নোংদগী খোয়ুম মাগী থৌরমবু ইশা অমদি ইথুঙা থ্বায়না খোয়ুম লাইগী লাইফাও কুবিরক্লুনা ইথৌ শিম্থা পাংদুনা খোয়ুম লাইগী নাহৈরোল শৈশক শৈসোঞ্জবা কংদ্রি ফাওবা ইয়ুম মোংবা ইরাম্নুং চংদুনা শংলেন মাংসোক কাখ্রোই যেনখা-লুখাদা য়ারেক য়াতাদুনা চরা নাম্বতা চইন তমদুনা হিরি কোম্না লেনখ্রগে পারি।

*Light off*

# খেঙবা উংপা

## ( ব্রাংব্রেন খানা চাওবগী ঈশিংখোং )

সুমিৎয়ুংবা মতম।

ব্রাংব্রেন—( ইরোম্নুংদগী শাফোংলকই ) তেংবানবা মপুগী থৌদা তুংইম্না ব্রাংব্রেন এন থৌগায়গদবা থৌরম্বু মপুগী লাইপাও তুংইম্না শিম্থাদবা য়াদ্রে। নোংদা লাইরেল পাখংবনা তাইবং লক্ত শাফোংখিবনা মালেমদা চাদ-নাওদারক্লুনা প্াখংবা সলাইনা সল্লরগনি অদুগা থোয়ুম অহানবা মাহাক্র ব্রাংব্রেন

পিবুক্কুংদা শাখাই-লাংওনবিথিবনা অশি থৌরম পুরিবা রাংব্রেন ঐস্র তাইবং চা লক্তা শাকোংদুনা অহানবা মপুগী শিন্থা অসি থৌরম পুনবা শায়োনবিরকপনি খংহন্দ্রবদি তাইবং চা পুম্নমক্না মপুগী থৌদা লানথিদুনা থাংজিং-ফু লেনফু কাইনা রাখন্নখিদুনা অপোকপা অহানবা মাহাকপু থিনবদা তাইবং চা পুম্নমক রাখল নুংবংনদুনা অরা রাখন্নহৌদুনা তাইবং মপোক লোম্বা তারে। হুংঃ নোংহৌ মপুগী থৌশি শিন্থাজবনি থোয়্নম অহানবগী নয়াথংনিদো নোংহৌরোল মপু ইবুংঙো।

---

*Light off*

# ঙবা উৎপা

## ( থোংঙাক চৌং )

( হনুবী—হঁ মাংসোক মাং শংলেন্দ কৌ সুদুনা লৈ )

## ফৌসু ঈশৈঃ

হনুবী :—

(১) হৈঃ হেঃ হয়াঃ হেঃ, শরারেনগী লৈবাক্ত,

হৌ; হেঃ হয়াঃ হেঃ হুমনিশুবা অঙাংনা

শিদবা গুরু মঙাং ও রায়েন চৈরাপ্নবিরি,

শিদবা গুরু লুরাং ও চৈরাপ থৌওং কাইদনা,

শিদবা গুরু খুমন ও তাইবং চা-না রা-ইঞ্জরি।

অমুম্বা কোলোই থোল্লি দে।

(৩) হুমনিশুবা অঙাংসে
মহৌশারোল খোংলোইনে,
তাইবং পরাইনা থোইজ্ঞহোরো,
পৌশিরোল র-খুঞ্জগৌরো,
মহৌশারোই খোংলোইনগৌরোদে ॥

হৈ: চক্র শৈশৌখ্রদা অহানব মপুগী নোংথক ফম্বাক অসিনা হনুরবী ইমং খোংনেৎনরবী ঐন ফো শুবদা কোংয়াং স্নুকচৈ পহলন্দুনা ফোবী মচংনদ্রেদো। হেঃ খোয়ুম ফম্বাক্রিবা তেংবানবা মপুও তাইবং থর ইনা মকা লাম্বা হিংজবা খোয়ুম নংগী কুবিচৈবা পুক্রিংনা কুবিয়ুগবা শরিরেন-শরারেন। হৈ: চক্রন শৈশৌখিবনা হয়া চক্রনস্নু থৌগায়বিরগনিদো:

( শরারেন স্নুক্রা ইনথৎপা অতিনয়া ফম্বাক রাংথৎখিবা )

হে-মা! কমদোনি সিদে পু-অহন খোংলেংলক্লবদি অতিনয়া লম্বী পন্থিংলে হায়দুনা মিচৈনরবা তারে। হে: শরিরেন শরারেন অতিনয়া ফম্পাক মপুও ননাই হনুবীদি করিস্নু থংজদে কুমশিং নুংশাংলকপগী মতিক মনুং কাংলোন নুংবংনখিবনা থৌগললোন কাইন ঈতিনক্ষম ওইবিবা মপু নংবু কোংয়ান স্নুকচৈনা ইনথৎলুগদি নোংথক লম্বী খিংনবা লংজরুব তারেদো ( হনুবা চংলকপা )

হনুবা—করিগী লংজরুবা তাগনি, হয়েং তুংগী তাইবং চানা খোয়ুম তাইবং শারোইনরমই শোম্নহৌনবা থৌরমনি, ঐখোয় অনিগী পুন্সিবু কুমশিং লাকঙমদ্রবা মতমদা শরিরেন শরারেন অপোকপবু কোংয়াং স্নুকচৈনা ইনথৎখিবা চক্রি হায়না তাইবংনা

নিংশিংনিংঙাই ওইহোনবনি থন্না; পাইম নবুক রাখন্নজবনা মুংগী কাংলোন চুমগনি হায় হনুবী।

হনুবী—পৃ-অহনগী পুক্কিং মথা থাবনা ননাইগীস্নি।

হনুব—হনুবী ইমোম খোংঙাকুবীগী পুন্সি মুংশাংননবা ইশাই-কোন্দা তিনমু লাইমু চংদনবা লাংথাক চৈ চুকয়ু নরুবদি পাইং। লৌমাং নৈদ হনুবী।

হনুবী—পু অহলগী রাখন পরিংদি খোয়ুম ঙমদাই-নিংঙাইনি অদুবু করম্না রাখল লমুক্কবিবনো;

হনুবা—তাইবং কনাগী ওইগনি, অমত্তা পোকপি ইমোম মশুং লানগী নশুবর ? অদুগৈ নোংলুন কোনফ দা (নোংমাইজিংদ) ইংখোল পামলৌদা য়োপাক তেংলৈ যান্দুনা য়েংয়াম ইশুশিংগা খুন্দাকিন্নরিঙৈ য়োংয়াম ইশুশিংনা নং এবু হনুবনা কুরু কারবনি রাখল লৌশং তারয়োই (হায়না) নিংদুনা লৈনুং পান থাবদা ইপু-ইবেন অনিনা খাম্বী মৈ ক্সাইনরবা পানদুম্বু চংবী লারাক্লা গয়োম্নদুনা থাও ইনুং তৈনা ঙাল্লকপদা ইপু-ইবেনগী শারেপ ফংনা (রাংন) হেরমগনি হায়বদা ঐখোয় অনিনা ইশুশিংনা পান চানিংল মাল্লে হায়দুনা অমুনবা পানদুম্বু লারোম্নমা য়োমদুনা থারুবা ইনুং তৈনা ঙাল্লকপদা চানদবা খোংবান নারা পেরোল হৈ হোংছ পান ঙাক্ত কাংখুল খুদিং থারুলগা অমুনবা পান্দুম মথৈনা ইশুশিংগী চিঙ্গাক ওইনখিবা ইশুশিংগী মতৌ য়েংবদা -মুংজাইমনখিদুনা আইবংগী কাওন পুক্কিংনা অকাওনখিদুনা হোংছ প্পানবু মথেন ওইনা থোংদুনা চারুগৈ লেংবনা

খাংগুমথ্রদুনা ইশুশিংবু চৈফুনগে তাম্নদুনা কুম্মেনবগুম পাল্লিঙৈ পুক্লিং লৈতানা পাল্লমই। হৌখিক ইশুশিংগা কাইনদুনা খোংগাক চীং তোলেন্দা লৈরবা মতমসিদা মপুগী য়াথংদগী ইমোম অমম্বু ফংলে' ইমোম মাহাক্না মমাল্লবি মতা কনা উদ মদোম মপুংনরকপা উবদি রাখল পুক্লিং লৈতাদেদা।

হনুবী—করম্বা রাখল লংজিন পুনখিবনা পুংঅহনগী পায়মা মুংবংনবিবনো ?

হনুবা—ইশুশিংগা খোম্থং খোঞ্জেল তামননা অমদি ইমোম মরোমদোমতা চিক্লবা লমদম অসিদা পানবদি ইচিক্লবা পুক্লিংগী রাখল খন্দবা গুমদেদো ইমোম মাগী রাখল্লরকপদা ঐগী পুক্লিং রাখলসে লম্ফাংনদবা য়াদেদো। ইমোম থোংগাক্তু ইচাসে কুমশিং য়ামমিল্লকপগী মতিক ইমোম শাকল্লকনি মুংকল্লকনিদো ফনেক খোয়দোম্নরম্বা কুমলং নাচিম্নরম্বা কুমশিং মুংশাংলক্লগা মপুং মর্রা ফ'দুনা মালং কৌরোই তুংইন্না ইমোমগী থাগোম্নরম্বা লৈনম্বু মালং মানা খংগোম্ন লমদম্বু শিনবা থুংকক্নিদো, মতম খোংলৈনদুনা য়ুমলেপ চার তমলক্কন্দিদো নং ঐনা ইদোম্নবগুম পাহেল্লোগদবা খল্লুবদা পায়ম মুংদা অহিক্লবা রাখল্লা মুংদা খেঞ্জেল্লকইদা হনুবী!

হনুবা—করি খোইনা অহিক্লবিদুনা রাখল পোৎলুম পুবিবনো, মপুম্নাগী খুৎসেম্নি তাইবংচা পুন্নমক্কী থা ফত্রবা খৌদাংনি। ইমোম শাৎনমক লৈশেম্না মপুনা হোংফদনা মুংশেমলক্লবনিনা ইমোম লৈশাৎ লৈখোললক্কবা য়ারোইদো, মপা মমা ঐখোয়গী পায়মা মুংগী অনিংবনা অমা ওই খোয়ুম মাগী

নোংদম্না অমা তম্ খোংচৎ মান্নদনা লোম্নখিগনিদো তাইবং পুন্সি।

( খোংঙাক্কু চিনবাল কাংমৈ লাংলকই পন্থৌ মপাগী দা )

থোংঙাক লাইরেম্বী—পন্থৌ ইপা ইবুংঙো চিনবাল কাংমৈ লাংনবা খুদোং ঙান্থক্কুং গান্বী মৈঙাপচার অপোকপা।

হনুব—ইমোম থোংঙাক্কু, নপা ঐনা ইমোম নংবু ইচা ওইনা ফংজবসিদি কোরৌগী অরাংববু শমু খুংনা লান্বা ফংবগুম পায়মান্নু দা পেক্সবদা খেন্নববু লৈতেদা। কদাই কদাই ইমোম্ন লাংলকপা চিনবাল কাংমৈ ইপানা পুক্লিং খোম্নদানা চিনচুপ্পনা মৈখুনগে। ( পন্থৌ হাযনা হিদাক পিরমলগা হিদাকফুদা পাল্লগা চংখিবা ) মুংশিদা ঐগী ইমোম অসে মাগী মতৌ উরগা পায়মান্নুংদা শিংশিং পরৈনরকইদা। হায় হায় হনুবী ঙসি কোরৌ নোংদগী নিংঙোল কাভুপ থন্নবা ইমোমগী অউন পোৎ লাংনবা নং ঐ চংদুনা রাস্তানদবা য়াদ্রে।

হনুবী—করি য়ান্না কুবিগদবনো তাকপিসি, পু-অহলগী রাখলন্নুংগী থৌসি পুম্নমক মথা খোন্না থোংথাংজদুনা ইপান লাংন থৌইঙ্গ চীংঙুগী থোদারোই ওইজবী থোংঙাক হনুবী ননাইনি, করি পাওতাক্ক রাখল লময়ানবিদুনা তাইবং পরিংনদিগদনো।

হনুবা—হনুবী থোংঙাক লাইকোন্দা য়ুম হোংলক মকোই নুংওল চীংদোন্দা লৈতাদুনা লৈরকপদা পুক্লিং লমফাংলিবসে অতৈ করি ওইরমদ্রে, ইমোম মশুংলানগী নত্তবরা? থোংঙাক লাইকোম্নুংদা মমান্নবী কনা উদনা ইমোম মদোম পোমশাৎনবদি মপা মনা ওইবা ঐখোয়গী পায়মা করি পেন্নফম

থোকপগে। করে ইমোম মাগীদমক চাম্ম চাম্মনা থুংজিংনদুনা অউন পোৎলম তমদুনা থজি-য়েঙ্গ তম্নগা ইমোম থোংঙাক্লু ইচাবু মিরানকাইদা চৎহন্দনা ইরানয়াইদা ফুগোই-ব্রাংগোই-হন্নবা নোংমাইজিং খোংদোইক্লনা ইশুশিংবু শিনপাংহন্দবা য়াদ্রে অদুগী মথক্তা ইমোম মদোম ঙাইবনা মরম্নদু-না রাখল লমজিংলকপনা ইশুশিংগী রাখলম্ন থন্দবা ঙমদেদে, ইশুশিং অদুম্ন নং ঐ সেৎন খাইনবদগী মুঙাংই মরাং কাইদবনা মুংবং রাখলন পরিংনরমর্লগনি অদুনা হনুবী ঐ নোংমাজিং খোংদোইকদবা য়াদ্রে, ইশুশিংগী য়্রমবান থুনবান য়ে লুদবা য়াদ্রে !

হনুবী—ঙসিমক খোংসানবিগদবরা করম্বা কোরৌ অমা নোংদমবিখি-গদবনো ?

হনুবা—ঙসি নোংমা লল্লগা চৎকে নিংলি অদুবু রাখল খোয়রাং লিলাংবনা পলেপ্পঙমদ্রি অদুগ হনুবী নং মিকুপ চোইকদে নাহুম তায়োম্নকদে হনুবী। মপা ঐ লৈত্রগা ইমোম থরাই খোঙ্গাল লাম্নোকহনকদে তিংমু লাইমু শরোই ঙারোই অমদি খোয়ুম লাইরম্নচিংবা লমলাল্লুবা খোক্লবদি ইমোম মাদি খোয়ুম লাই রাইতাইনবা ংম্ফদ্রিবনা ইমোম তুরৈ ঈরৈ থাংক্লনা রীবঙাইনিদো অদুনা হনুবী নং য়ামনা চেকসিন-গদবনি। (থোংঙাক্লু খোরকই)

থোংঙাকলাইরেম্বী—পম্নো ইপা ইবুংঙো কোরৌশিংবুম কয়ানিমুক নোংমাই চীংলেন্দা ইহুন-খোংদে ইবিগদবনো অপোকপা ?

হনুবা—ইমোম থোংঙাক্, ইপানা চৎকদৌরিবা অসি নুমিৎ মসিং লেপ্পা ঙমদেদে ইমোম, নোংমাই চীংলেন য়ৌরগা অহীং য়াইয়েক্লদুনা ( লৈরগা ) খূল্লানখিবা য়োংয়াম ইশুশিং ফাওবা কোইথিনরুগদবনি নোংমাই চীংলেনগী থেন পামলোক কয়া কুমদুনা অমদি থলোং কানা মকম স্নুনা খোংদোইদুনা শারুপ লাকপা কয়াদা য়াব্রা পাউহংনদুনা ইশুশিংগী চিন্দম চিঙ্গাক তমদুনা মশিং স্নুনা উ-রুদব য়াদেদা ইমোম।

থোংঙাক লাইরেম্বী—ইপাইবুংঙো, নশু ময়াম উনবা ইপানা খোংদোইবিগনি ত জবদা নমোমস্থ হরাও তয়ামজৈদে অপোকপা। ক'ইনা সেংকুরবা মপা মপু কনাবু অমুক নোংশৈনবা উনবা ক'জবদা য়োংয়ামশিংনা পেঙ্গগদবদো নমোমংস্থ রাখল্লক্তা নুংকাওজেদো

হনুবা—অচুম্বনি ইমোম, নদোম ঙাইজবী নংগী খল্লুরগা ইশুশিংগী খুনবান লৈপান খংদবন নপা ঐগী পুক্রিং পলেপকম খংদেদো

থোংঙাক লাইরেম্বী—ইপাইবুংঙে, মসিদি পলেম ইমাগী মহুৎ-মরেং সিন, অপোকপিনা হৌগদবা তর মথেল লুকোইবু নমোম্না খোংজগে অপোকপ, পলেম ইমাগী তাহবং শিল্লমবু শেদমজহৌবা শকচগেনে ইপাইবুংঙো।

হনুবা—ইপানা চানবা তরা মথেল লুকোইবু ইমোম নখুৎনা থোংথাক্কে হায়বা········। হ-হ-হ ইমোম্ন হৌবা মথেল লুকোইদি মহাও ফুদোংলক্কুনা খোইথুম্ননা হাওগনিদা। ইমোম্না হৌবা মথেলবু ইপান পুকখম্ননা চাগে থুবামংনা হুক্কুনা য়াইবী মাগী

চইন্ তম্নগেদে'.....হ-হ-হ তারিবরা হনুবী ইমোম্না তরা হৌনবা মথেল লুকোই লাংবদা ইচাগী তেংবাং শিনপাংকদবরা হায়।

হনুবী—শৈদমজহৌবা মমোম কয়ানা লল-লৈমা ওইজহৌবদি লেংদ্রবা তাইবং পরিংমি!

(অহুম্মক হরাওনজৈ)।

*Light off*

# ৭বা উপা

## (খোংঙাম পাৎ)

### মুমিদাংব্রাই

(পাৎকি মতাই মতাইদা চিঙ্গোংলৈ হন্বু, অমদি চোঙ্গাং কয়া কয়ানা পরেং পরেং শাৎলি, খোংঙাক লাইরেম্বী ঈশিং পুন অমা পাইদুনা মহৌশাগী মওং য়েংন লৈ, পাৎকি ক্কজবা পুন্নমক উরুবদগী মপুক্লিংগী ব্রাখল কয়াবু খোঞ্জেলননা য়াব্রানজরি)

খো'ঙাক লাইরেম্বী—মনম্না সংব্রেনি, মওংনা অথোইবা মিরেম্নি নোংহৌরোলগী পরিংনা য়াইবিরেন শিদবা হায়না কোলোই-নরি। য়াইবী মানা থব্রাইনহনবনা তাইবংসী অপান-অর'বু মিহৌনহল্লি পুক্লিংদা। (অপোকপি মমাগী পিবুক্লুংদগী (তাইবংশা) শমু মশা হকচাংবু মপুংনহল্লক্তুনা মি ওইনা শা-ওংনরকপবু খোঞ্জেল থোক্না শৈশকচরি)।

## ঈশৈ

য়াইবী মাগী তাওরোইনকম
থরাই মাগী ঈতুংকম
মপুগী কানখোং তুথুপলি।
পম্লৌ মকাইদগী সোৎলুবা লন
তেমশিংনথি পলেম 'মাগা
য়াগানথি নোংহৌয়োল পরিংদা
থাবুম তরানা শিংনবা মতমনি।
যোগু লম্না শাক্লোংলক
পলেমনা ঙোসু নাওয়োক তম
য়াংবা চাওয়ৈরকই
তাইবং লৌশিংনরকই।
য়াথল মানা ঈহোরক
পান্না লৌশিংনরকপনা
অপাম্ন য়াথরকই
নুংশি ঈপান্নরকই।

(ঈশিং সোকে হায়দুনা খোংদা কুমথরকপদা য়াংত্রেল কৌবা য়াইবা তাইবং কাওনা শাকোংবিরকই খোংঙাক য়াইরেম্বী নিংশ্নজনা কারকই ... থোংদুনা লৈ)।

য়াংত্রেল—নুরা চনুরা ইকেমা······হজোইগনু শকহেনবী শক থংদনা নুংথংগনবা ঐনি ওস্নি কোরৌ নোংদা চনু লৈশাবী নংগা থমোই ঈপাল লাংনসি পান্না পুক্লিং ওমদাইনসি তাইবং

তেংনা পানমিন্নবা মুরা চনুর নকাইদ পুক্নিংগী বাগল খোঞ্জেল্লজরি তাইবং চনু ইবেম্ম !

থোংঙাক লাইরেম্বী— তম্ব ওইবা ইবুংও ঙসি কোরৌ নোংদা নিংঙোল ওঃবিগী লাইজ ঈশোক ইপান লাংকম মুজা ওইবিগী "পোপতেক চোংঙ্গং হাবুং" লৈরাংকম থোংঙাক চী খোং খোংঙাম পামেন্দা মুরা ই দাম লাইজ ঈশোক্রগে পৌরাংঙৈ তম্বা ওইবা লমচৎনা লোল্লা নাথুপ নাশৈন্দুনা মুজাগী মিতম লা-কপদি খোয়ুম লাইর তাইবংগী লমহেনবা তম্বরা চিংঙ্গোই নপাও থিনধদনা পাউথুম্বীয় ?

রাবেন— তাইবং চনু ইবেম্মা নংগী নফমদা পুক্নিং হকচাং লৌ-থুপ্পদনা রচানসি তেমশিংনবা মুজা নমাংদা শাক্কোংনরিবা ঐহাকসে রাংবেন কৌবা খোয়ুম লাইনি, মপুগী থৌগায় চিথনা অপাম লং-থোক্ন মুংশি চৈথেংনসি রাখম্নদুন মুরা নাক্ত ইত্তুঙকন্নি ইবেয়া

থোংঙাক লাইরেম্বী রাংবেন মিখৈনরিবা হে খোয়ুম ও. তাইবংচা ওইরবী মুপিজা লক্তা চনু নিংঙোল ওইনা পোক্রবী ননাই ঐবু খোয়ুম লাইগা অপাম লংথেক্ন মুংশি তেমশিংনভমদে পলেম সেংন রানিংঙাই পল্লো থ ইনদুনা সকউনবা ফংদ্রবদি অহল মদম্নরকলবা ইপা ইমা অনিদি কনা য়েংনা তাইবং মপোক লেনগনি রাংবেন থানা চাওবা ও !

রাংবেল— তাইবং চনু ইবেম্ম রাংবেন কৌবা ঐ অসে মপুগী থৌগায়নুংদা খোংকৈনদনা শিন্থারিবা ঐনি, চনু নিংঙোল নংবু

অপাম নুংপি ব্রাইথুংনচুনা থোংঙাক্লি'দি অশি থেন মকো-ইগী'দি নুংওল চাং তাইবং থৱাই পম্বো: ঙাক মোমু য়াইবী লময়ানবিদুশ শ নগদবনি ইবেস্মা। লাহ। শিংদা চন্দুনা অসি অনানংদনা নমিং কোলোই মি চৎপু 'থোংঙাক লাইরেম্বী" মিংথৈনহৌরগদবদি হবেস্মা।

থোংঙাক লাইবেম্বী—ব্রাংব্রেন কোবা থোয়ুম ও অশিগৌগায় পুবিবা লাইনিংথৌ থোয়ুম লাইগী থোংলম ঈরম্স থংজ-দ্রিবীনুজানা থোংঙাক চীশাং লৈমাই থেন্দা ইদোম লৈশাং তমজবী চনু নিঙোল ঐনা থোয়ুম লাইগী থো-শিরোল থোইস্লবা ই'তক ইপানরোই রাথন্না পায়মা ঐগী পিবুকনুংদা অপাম নুংশি তাঙিন পংদুনা ঈরি ঈচেন ঈথিংনখৈএ থোয়ুম ও!

ব্রাংব্রেন—থোংঙাক চনু ইবেস্মা মপুগী নুংশেমলোম্ন লৈরাং থোইমু সেমলকপনি, মপুগী থোওং কারন্নক তাইবং রাথন্না কাইনা লংজরুবন লৈরাং লৈহ লিকপ্তু 'থনুং কানলোন হোং-ফদে থোয়ুম তাইবং কাওন পুক্লিংনখিনি নুরা চনুরা ইবেস্মা।

থোংঙাক লাইরেম্বী—থোয়ুম নংগী মংশোক মাং শাগোল নুং-গোম্নুংদগী অপাম লমলামঙনদবনা নুংশি পনলামঙমদ্র থোয়ুম ও, অদুবু চনু নিঙোল ঐহাক্তি পলেম পম্বোগী মদোম পোকপিনি ইয়ুম মোংবা ইরানয়াই ইপা ইমা অনিগী ইকোন শাগোম্নুংদা য়ুমলেপচদুনা থোয়ুম নংগী থোদা ঙাহৎবী

ওইগনে খোয়্‌ম ও।

রাংব্রেন—খোঙাক চন্নু ইবেম্মা নংগী রাখল মুংগী লমজিংনা রাংব্রেন ঐগীস্নু শিল্লম্নরে ইবেম্মা হয়েং অশি অচং হায়না তাইবংনা তেংবাম্নরবা মতমদা অমদি থরাই মানা ইদু য়ুমগুম্নরক্কুনা মপুগী কাংখোং তমলক্লবা মতমদা নং ঐ মাংসোক্লনা রাচা-নবিবা অসিগুম্না হয়েং শিরবদা মুরা চম্মনা শিরগা পাথং, চাম্মনা ঙাইনা চৌং, খোঙাক্কিদি অসি থেন মকোইগীদি মুংওল চৌং খোংলম পাৎলেন চৌং অসিদা ইবেম্মা নংনা তাইবং মপোক লোমলক্লবা থরাই য়াইবীরেন মহাকপু নংগী ইকোম্মুংসিদা রাংথুলবা ওইসন্নু ইবেম্মা।

খোংঙাক লাইরেম্বী—অশি খেংগায় পুবিবা খোয়্‌ম লাইনিংথৌ ইবুংঙো ঙারাংদ পেংকপা ঙথানা খোংবান লাল্লম থংদবগুম নহান কোকপা য়েরুম্না চিনাইদবগুম তাইবং শিল্লম স্নুনা থংজদ্রিবী ননাইনা তাইবংগী অশি অনংগী মিকপ মিরাও খোনবু পুকগেন্দুনা তাইবং চা কয়বু নাওপেমন্না তাইনবা ইতিক ইপানবা ঙংজরোই। কনানা মপুরোই কাইনরে অহিক্লরক্কন কনানা মতালোই সেংনরে ঙাওচংনরক্কনি কনানা মপারি মমোম সেংনরে হয়দুনা পিরাং পিশুংনরবা খোঙ্গেন্না রাকৎলকপা মতমদা খোগা শিল্লম থংজদ্রিবী ননাইনা করম্না তাইবংগী মিকপ্নবা খোঙ্গেনবু ঙমদাহনগনি ইবুঙো।

রাংব্রেন—ইবেম্মা অদু মুংগীদমক্ত ঙসি ঐনা পাও তাক্কে, পাথংবা কোলোয় মিথৈরবা খোয়্‌ম অপাক্লবা মহাক্ল মপুগী খোশিরোল

থিমিক শিন্নদুনা সলাই তরেৎ শায়োনবৈগদগী নমু তাইবং কনা অমত্তন্ন শজিক মতুং ইনখিদ্রি থবা মমৈ লোম্নখি-দ্রিবনা থম্নং মাইবা খুৎথাদুনা তাইবং চেংজেল লোমলক্লবা তাইবং চাশিংদে খোংঙাক অশিখেন পাংলক্লিদে। তাইবংগী মিকপ মিরাও পুম্নমক ইবেম্মা নংনা ওমদাইনবা য়াওবনিদো মপুগী মুংশেনলোন্দা সোইকদনা কুবিখ্রবা লাইরানিদো ইবেম্মা অদুনা তাইবং শমু হকচাংগা অমদি অশিখেন পাংলক্লবা য়াইবীগা অমুক লম্নীনক্রদ্রে হায়বসে ইবেম্মা নংনা তাক্লনা অচং অশি অনিবু মওং কাইনা উহন্দুনা লাইগী পথাপ কাইদনা থরাই মাগা শমু মশা হকচাংগা সেংনা থাইনা লম্নী লময়ানবিদুনা মপুগী পুক্নিং ফাম্ন থৌ পুরগদবনি অদুগা গোম্নু অঙাং নারা মখৈদি ইবেম্মা নংনা পিথ্রাইবী খোংদ্রাই মাগী শেহুৎ শিন্দুনা পলেম নত্তনা পলেম শাদুনা ইখৌ লাংনা খৌগংনরবা মমাগী খোমলাং থাচুগ্রিবা নারা অঙাং মখৈদি নংনা পলেম শক্লনা অরাম খৌরাং কোক্লবা ঈশাইফু থিনবিদুনা লাইজ ঈশিং ইকংহন্দনা (থক্লুং) থিন-বিগনিদো ইবেম্মা।

খোংঙাক লাইরেম্বী—অশি খৌগায় লাইনিংথৌ খোয়ুম নংগী পাও তাক্লা অহান্নবা লমজিং খৌগায় লময় নবিরি লাইনিংথৌ অদুবু খোয়ুম অখোইবা থংলেন নংগা করম্বা কোরৌ মুমিত্তা খোয়ুম + তাইবং অপাম মুংশি ব্লাইথুংনগন্নি থংলেন ও।

ব্লাংব্রেন—খ্রোংঙাকমুবী ইবেম্মা, পন্থো অপোকপগী মিথয়েংলাক

পলেম অপোকপিগী নাহুম থংনা নিঙোল নপুক্লিং পলেপ্পবা সুমিত্তা ব্রাংব্রেন কৌবা এগীস্থ অয়েম্বনি সু.শিনু!

(থোংঙাক লাইরেম্বী চিংনা য়েংদুনা লৈ, ব্রাংব্রেন থংহৌদনা থুপখিবগা লোইনন)

দ্রোপ

*Light off*

## ২শুবা অঙ্ক

## ১বা ংপা

### ( চীং লম্বী )

(খুল্লাকপগী মচা নুপা অহন থোবা অমদি মচা য়াইমা কম্বে লাকমিন্নে )

থোবা—ইনাও কম্বে, নহান মকেং চাংশাং ঈয়াংদৈ খুল্লাকপা ইপানা চীংগু লাইগী খুবমদা থোইয়ুম মাগী মথি কোংত্রে হায়দুনা ইখুনগী য়াইকবা ওইরবোই হায়বগী চীংগু মাগী খুবমদা লাইগী ওইবা অথেন পোৎলম মচন শুনা তম ইয়াংকনি হায়না ইপানা পাইমা পুক্কিং পল্লেপথিণ্ডৈদগী মচা ওইবা ঐথোয়না ইপাগী থোদা ভাইনদুনা থোইয়ুম লাইগী পোৎলম অথিনগদবগী ইপাগী য়াকা য়েংনা ভাইনরি অদুবু তোগদবা থোরম থংদবনা পাইনা ... ... মাংজিনদুনা খোইরাং লিলাংইদা ইনাও।

কম্বে—থোবা ইয়াম্বা খুল্লাকপা ইপানা থোয়ুম মকাইদা করম্বা অয়ানবা পুক্কিং শেপপুবনা থোয়ুম লাইগী কুবিহৈবা ইহুনবু কুবিদবনো। অদুগা ইয়াম্বা খুঞ্জানা থোয়ুম লাইগী ঈয়াং থোরম কয়াবু শেয়াম্বনা পাইগী পরিং কাইনা সুংথংদনা ঈয়াংপুবা থোক্কুনা ইখুনগী খুনবান লৈপান লাম্ফনরক্কুনা ভাইবং থরাইনা লম্মুনরকপা থোক্কুনা লম্মখাংদা অয়া তোরৈ

ঈরৈ চন্দুনা মপোক মশক খংদবা তাইবংচা ওইবা থোক্কুনা তুংগী খুঙ্গানা য়াওন য়াওদ্রবা লাঙ্গোই শাথোরুবগুম কক-ঙাওননা পালহৌরোইদ্রা ইয়াম্বা।

থোবা—ইনাও কম্বে, অদুমুংগীদমক পাইমা অসি ওমলাং চন্দুনা লৈরকপনা চংলে চংনা রাথম্বৈ কমলে কন্না রাখম্বৈ অদুগীসু মথক্তা খুম্লাকপ ইপানা লরাই কোইরেন্দা খুৎ হাপ্তুনা চরা নামতা চইন তমত্তুনা লৈথিবনা মকেং খুঙ্গানা কুমওনগী কুরাক লমদাইখিদ্রে থোয়ুম তাইবং কোন্সাংনত্তুনা ঙমদাই কোঙ্গোইনদ্রেদো।

কম্বে—থোবা ইয়াম্বা থোয়ুম অপোকপা মানা পোকপিরকপদগী তাইবং ওইনা লৈতা খুন্দারকপদগী অপোকপা মাগী থোরম শিন্থা কাইদন পরিংনরক্লবা ইখুনগী ইপা ইপুশিংনি চীংঙ মাগী কুবিহৈবা পরিংনা থৌজল লাইকাওবিরক্লদ্রা ?

তাইবংনরিবা ইচিন ইনাওশিংনা করি মুংহেক্লদুনা চীংঙ থোয়ুম মাংদা পুক্রিং ইপাম্নরগা অপেনবা ওইবিদুনা খুঙ্গা অমদি ইপা খুম্রকপগী পাইমা ওমলাং চন্দনা ... মাইবী মরাং কাই ইয়ুম মোংবা ইরোম্মুং চাক চা-য়াহিপ্নরগবা।

থোবা—করে ইনাও, ঙসি কোরৌ নোংজাদা পাময়ান লৌপেং লোয়রগা ইপাগী হিরি কোনকম মকাই পং থোয়ুম মাগী খুবম তাম্না কামজাও হুন্দুনা ইপাগী রাখল পিবুক অশেংবা খংনবা পাওহংলুশি ইনাও। চীংঙু মাগী লাইফাওনা মশিং নাইবা শারম ঙারম্না থোয়ুম লাইগী শরেন চম্লু মত্রগা নমু তাইবং মীনা শরেন চন্দ্রবদি ইখুঙ্গা অমদি ইপাগী

অৱা পৈরৈ থাংগনি হায়না খোয়ুম লাইফাওবিরক্লবস্তু অদু মঙাইৱে থোৱা ইপান্নলতনা শারম শুনা শাফাগে ঙারম শুনা ঙাফাগে নত্রে শমু ত ইবং ওইবে শাম্ম পাঙ্গল থেক্লা ঙাইবং মীরেন শাথেংতুনা শয়েং থৈনগে পাম্বোম ঙানগে, থুদোংননা ত ইবং শমু ফুক্কুন নোংথক পুথৎনা নোংলেনদুনা কান্দ্র উপাক থাইবগুম থাইগে নমদুনা ঙবোং থাওদা হাপ্লগ থাওজিন পবৈনদুনা পুরক্লগা চাংঙু মাগী থুবম, ইপাগী হিরি কোনফমদা মীরেন লৈরেন চনগে করিগুম্বা ঙমদবা থোক্লে থাংলেন খুৎশু ময়ুনা ইরম্বাই কোক্লেন কক্কুনা চীংঙু লাইগী ইরাৎনগে শরিশো! ইনাও ফপৈ নংগী নমংদা রাশক তেমশিংলিবা অসিনি!

ফপৈ—ইয়াম্ব! করিম্নুংগীদমক অদুক কনবা য়ারানা সোইফদনা রাশক তেমশিংবিবনে? ইপা থুল্লাকপনা থোবা হায়না মিথৈবতা নত্তনা মুং পান ফাওনা থোরব (অমদি) খোয়ুম লাইগী থোরম ফাওনা নিংবস্থ থোরবা ইয়াম্বনি নংদি। করিগীদমক নরম্বাই থোদাং ওইনা রাশক তেংশিংবিবনো, অদুগা তাবিয়ু ইয়াম্বা, লাইগী নোংদমদগী খোয়ুম মাগী লাইফাও চাম্নখিদুনা ইপাগুমলবা নংগী য়াইবীবু লাইগী পোৎচং ওই থরাই মাংথিবা তারবদি থোরম শিম্বা পুম্নমক্লা খোংলোই ওইনা নতুং ইম্মক্লবা নংগী ঈরেমথাক ওইরবা ফপৈ কোবা ননাওগী য়াইবীনা তাইবংদা থরাইনহৌদুনা পানথিগনি নিংবিগনু ইয়াম্বা! ঈ মপুং ওইবিবা ইয়াম্বগী (হকচাংগী) শমু হকচাং ঈরেম্বা লাইজ ইরৈমদা তিনখুবা

ইয়াম্বগী শমু হকচাংগী মৈরিনা মুংখ্রবা, ইয়াম্বগী হকচা·মুংগী মুংশিৎনা লংজাওকোন পাংখ্রবা ইয়াম্বগী হকচাং পোলাংনা মালেম ইমাগী মশাগী মশাদা লৈশামুংদ তিনখিবা থোক্লবা রাংলেন মিকুপ লান্দনা খুদক্ত ফম্বে কৌব ননাওস্থ ইয়াম্বা নংগী ভুংইল্লক্কুনা ননাওগী শদু হকচাং অসিস্থ শারোই-নরকপদি সোইফদ্রবা ননাও ফম্বেগী পুক্লিংনি।

থৌবা—ফম্বে ইনাও! অদুগুম্বা পুক্লিং রাথল্লহৈদে, ময়াই মঙাগী মতিক রাংফদবনা য়াইবী খরাইনরিবা অথোইবা তাইবং মপোক্লি, অসিগুম্বা শরুক মঙানা শরুক মঙানদুনা তাইবংগী শমু হকচাংবু মপু নরিবনি, নংগী পুন্সিদি অহানবা মঙা নরিবা শরুক্তমক চাওরেনরক্কুন শমু নশা হকচাং অদু মপু নরকপদা ঙাইরিবা তুগী নপুন্সিদি শরুক মরি য়াইবী মাগা শারোই-মিন্নগদবা রাংলিবা চহি কুমশিং কুনমঙাদা ঙাইরিবা ইনাওনি, তাইবং মপোক্কী মুংচাই য়াইবী মরাং কাইদ্রিবা অমদি অপোকপা মাগী থৌগায়বু লময়ানবদা ঙাইরিবা নপুন্সিবু মাংহল্লুনা অকোন অহান নাইরবা মপোক অসিদা ইপাগী মহুৎ মরেং শিনফম থোক্লবা নংগী কুমশিংলোন অদুনা করিমুংগী দমক কোরৌ হল্লবা নয়াম্বা ঐগী রাশক তেমশিং ভুংইনবনো। ইয়াম্বগী হিরিমুংদা কোল্লিবা অনিংবসি নংগীস্থ য়াইফবনি নিংডুনা তাইবং খোথাংনবনা মনাও ওইবগী তৌফম থোকপনি।

ফম্বে—ইয়াম্বগী পুক্লিংস্থ ননাওগীনি, কোরৌস্থ মশাগী থৌগায়

শুড়ুনা মঙাল মশেক্কা লোয়ননা শিন্থাখে ; হিরিমুংগী থৌগায়গা শিন্থারুবগী থৌহৈগা থেন্নবনি থংবিড়ুনা ঐখোয়গী ঙসিগী ইথৌ কাইদনবা পাময়ান লৌশেংলুরাস ইয়াম্বা।

থৌবা—চুমই ঙসিগী ইথৌ ইশিন্দি পাংক্লৌ লৌপেংবনি, ফরে খোংদোইরসি, খোয়ুম (মাগী) নোংদংগী লৌশ লৌদা ঙাইড়ুনা তাইবং পাংনবা পাইংমুংদা হিরি কোন্নঙাইরসি।

*Light off*

## ২শুবা উৎপা

### (মকেং খুনগী চাংমায়)

মুংখিল।

(অপাম খুৎপাইনরে মুংশি পরৈনরে মতংগুম রাচানরি)

মকেং চন্দ্র—খোয়ুমও শাৎলেন শাৎপা ইবুংঙো ; ইবুংঙোগী য়াথংনা পুন্নমক ওইগৈদগী ঈরিক ঈশিং হায়না খংনবি, খোয়ুম নংগী য়াথংনা ইমুংলোন খোংলম কাওনা পাইমা মুংসেংজড়ুনা নংগী পোইরৈ তুংইন্না অপাম-মুংশি লংথোকলুবনা থোইজি মুংদা মিল্লুন-মিতমখিবনা মুংসেং ইকোম্মুংদা খোয়ুম নংনা শায়ান-বিখিবনা মুজা পাইমা থোইদানা ইয়ুম মোংবা ইরানয়াইদা পম্থৌ থৌ কয়াবু পৌগায় সিন্নম পাংঙমদ্রে, পায়মা লিংজেল

খাববা থৌবা ফগৈ ইবুং অনি ওঙলক্কনি মিপাইজবনা মুক্তা থম্লাইনভুমলোইদৌরে, মিহুন চেনগুম চেনগানরে, খুঙ্গা কনা খঙখিগদগে নিংলুবদা নিংঙোল ইদোম চোইরোম্লরেদো ইপুরোই।

পাখংবা—ইবেম্মা: পাখংবা ঐগা লোইনরিবৈ কবিনুংগীদমক নপুক্রিং নুংথেংননা পোৎলুম্লবনো? নুংশি হেল্লবী নংবু পাখংবা ঐগী তালোইনদুনা তাইবংলক্কা পান্দবা য়াদ্রবনি অদুনুংগীদমক্তা পাখংবা ঐনা মালেমদা লৈতারক্লুনা তেংবানবা মপুগী য়াথংবু নমদা পো, অহানবা মাগী কোলোইবু কোক্তথোং লৈকোই খুনগোইবকপনি। তাইবং নংগীনা চৎনরম ওইরবস্তু করি করম্না থৌমেন্নগনি ইবেম্মা।

মকেংচম্ম—ননাইগী মপুংনদ্রিবা থৌওং পুম্লমক ইপুরোই নংগী মখা থাবা ঙাক্তনি অদুবু খুল্লাকপা ইপানা মকেং মুরু বু ঈরাৎ থৌরম হৌখ্রবদি খুঙ্গা কনা অমত্তা ইখুল হোংনা খুলানকদে, খুলাল্লকপা কনাবুস্তু ইখুল পম্ম্‌দা য়াবেক য়াতাফদবা ইখুলগী চৎনবিনি ইপুরোই। খুল্লাকপা ইপানা ঈরাৎ থৌরম কংলিবৈ মতমনুংদা থংলেন নংগী খুঁদোল মিতম অসিনা কুম, থা মুদুনা ইয়ুম মোংবা ইরানয়াইদা তাইবং ফাওনা হুংঙা থোঞ্জেম্না মিকপনরকপা থোক্লবদি ননাই ওইবী ঐহাক্তি খুঙ্গা মিমাং ফম্বত নঙ্গনা মুক্তা লুরেল কক্কা লুখা থানবদি সোইকদ্রবা খুল্লাকপা ইপাগী পরিংনবা রাথল ওইগনিদো। থংলেন নংদি থোয়ুম লাইমি হায়বঁদাইঁ তাইবংচানা পরিংনদবা লম্বীদা

থংলেন নংগা খোংলোইনজবা খোয়ুম পুক্লিংনা কুবিগনিদো ইপুরোই।

( অহিক্লনা ম্নাল্লানজৈ লোইনন খুল্লাক চংলকই )

পাথংবা—তাইব' চাগী শহুম······ ·······( পাথংবা শারোৎগিবা ) ;

মকেং চনু—ঙ্গপিজা পুক্লিং ওইবিনা নুংথংনা খো থাংনভমদ্রে পান খোক্ল শাজংনভমদ্রে থংলেন ও !

( মমাই খুম্না অহিক্লজৈ )

খুল্লাকপা—ইমোমনু: তাইবং কনা খংহন্দনা মরুম্বা কনাগী মম্নানকাই নরম্নাই অওংনরুবনা মিরেন মিতম্নরবা ? কৈ থঙগনিদো শরিশেং: মকেং ইথুন নামু'দনবা নঙক তোংদম কল্লগা লৈরোল শরেন চনগেদো লমকেৎপী !

মকেং চনু—পম্নৌ: ইপাগী নম্নাথং তাদনা তাইবংচা ওইবা তম্বা কনাগী মকাইদা·······অপাম অওংনরুদ্রি নুংশিং শানাই ওইরুদ্রি ··········

খুল্লাকপা—তুমিন লৈয়ু তানিংদেহায় লমকেৎপি ' ইয়া অচ্চা অচ্চা লৈছো মকেং স্নরুং ঈম্নাৎচদুনা অথেল পোৎলম স্নুনা কৎচ খুঞ্জাগী হন্নাও লাইবো চো'দুনা খোয়ুম লাইগা মকেং তাইবং চাগা থক ; থা, ঙমদাইনদুনা চৎনম্নম কাইদনা পাল্লকপা ঙরাংগী নিংঙোল নহাকথং নামুং লংজিন লংলাল্লকপদি ইয়া···· কুমজা খুদিংগী লাইগী পরিংনম্নকপনা ইথুঞ্জা পুম্নমক চাহোং-ঙাহোং পিনবিরমই অদুবু লিচৎ নাইদবী শজৎ থায়দবী নংঙুম্বা নিংঙোল পোকপনা অপোকপা লাইনা লল কুবিদ্রে পুংিং ইহুম্নবিদ্রে অদু মুংগী মুংনাংবনা ম্নাইবীরেল মানা পাইমা

পিবুক্কুংদা পরিংনরক্তে, তাইবং শা হকচাংনা অসোম্বরক্লুনা খম্নুং মকাই তাল্লক্লে। লাইগা পরিং কাইনা ইপা ইপুগী লিচৎ হোংনা কামজাও শাজৎনবা নংগা মাইবী চাইদুনা নকোক লুরেল কক্লুনা মকেং অপে কপগী শরেল চনগেদো শবিশো। (নশম খুদাং য়েৎনা লেমাইদা চি থুই খুংশু থাং শিংই) হায়বু অশেংবা কোংলোয় নপাও তমউ পোইরৈ কবি লমদমদা লিপ্পোইবা তপনো হৈজিং খরাই তমদুনা রারেই পোংলামদন নিংঙোলাশংগী পিবুক রাখল ইথৈদুনা য়ুমলেপ চার তংলম্বা কনানো রাংলেন থিন্দনা নপাও শেংড়ু।

মকেং চনু—পন্থোং যাথং তাদনা তাইবংচা ওইবা তম্বা কনাগী মকাইদা অপাম-নুংশি শান ইজকদ্রি অপোকপা!

খুল্লাকপ—চিনাফন ফগনু ইংোম নচিন মর শেংনা কোলোয়নজো নত্রবদি নওক লুবেন কক্লুনা শরেন চনগদবনি শরিশো।

মকেং চনু—নমোমগীদি অচুম্ববা রাহৈনা কোলোয় পাওখুমজরিবা অসিনি আপোকপ।

খুল্লাকপা কৈ, মপগী কদা চিন্থিনা ... নংগী লুবেন মতা ফবা নখোবি তোংদম কক্লুনা খোযুম লাইগী শরেন চমরংগদা শবিশে।

মকেং চনু—ঙায়বিবে পত্রো অপোকপা, নংোমগী যাইবীদি লোংবু অত্নগ (খুল্লাকপ থাং শিংগনা লৈ) মিরেন বুফাংনবা শরেন চনফদে লাইগী লাইশা শাদানফদে লেমলৈ ঙারেম্না

শরেন চনফদবনা অপোকপা, নমোমগী ইরান থমথেংনা থংবিরগা নচাগী লুরেন ককপীযু নত্তনা নয়াথং ইন্দে মতাগুম নবুক থোক্কি নমোম্মু পন্থোগী থুংস্থ থাংলেন ১ক্লা লুরেন কক্কে থোরাংবিবদি মমোম পোকপি পন্থেশিংগী অচুম্নবা থোওং কাইবা থোক্তুনা পিরাং পিবোইনহৌদ্রুনা মপোক মুংখমফদনর ?

খুল্লাকপা—মপাগী শিল্লম্মু শিন্থা তাকতুম্নবা লমহেনবি নগী লৌ-থুম্নববা পুকথেম য়াল্লান পেংকন শনবা মকেং খুল্লাকপা ইবুক্রা ? নংগী লুবেন কল্লগা ইপ ইপুগী মতুকংপা শক্ক, খোয়ুম লাই লমন কোল্লগে পাগী 'চন্থক চিন্থক্ত য়াল্লা থিবী মমোম খতগনদে। শরিশো খুঞ্জাগী মমাংদা থো পুং রৈনা পাউজেনগে ইখুঞ্জা খংন। নতক তোংদম মতাঙ্কবদা থাং হাই অমুক্তা শোইগে খডগনদো। হায হায় থোপুং রৈবা থোবুবা খুনগী থোগায় পুং শেন্নন শিন্থানবা কনা লৈ পুংরৈ খোঞ্জেন্না ইথুম্বা পুম্নমক পাউজল্লু রাংলেন থিন্দনা খুন্দিল্লদব য়াদে হয় ইয়' পু যে থোগায় শিন্থারিবা নখোয় লোইনা তায়েম.ব ফেঃ খুল্লাকপ ইখুং মক্ল। পুংরৈনদুনা পাউ.জনগে : (চ খিবা, পু খেন তাবদা মকেং চনু মিপাইজে )

কেং চনু – পন্থো ইপা ইবুংঙো, নমোমগী ইমাল ভাকপিযু, খোয়ুম মাগী চৈথেংবু নিঙোল ওইবী নমোম্ন। তেনফংদনন ইপাগী য়াথং ভাক্তবী নমোম ওইবিদা তারেদো অপোবপা।

( মকে° চমু চেনখিবা খুল্লাকপা অমদি থৌবা, কম্বেনচিংবা মকেং খুনগী হাওয়াম খুৎসু থা° অমদি তিমেনতা পাইদুনা চেন্নবকই )

খুল্লাকপা—ইয়াঃ লমহেনবী ; মপাগী য্বারাবু ইন্দনা কবি লমদম পাংখ্রবা, চেল্লু লমদম কৈদ। চেল্লগা নংগী য়াইবী কনবা ওম্বগে য়েংগে।

থৌবা—ইপা কবম্বা থৌরমগীদমক ইপাগী শমু খুৎ মক্লা মকেং ইখুলগী পাউজেল পুং য়ৈবিবনে ? করম্বা চাংশাং হাওবনা অমদি তাইবং থরাইনরবা কনানা লুখল লান্দারকপা য়াওবগে, নপারি থৌবা ফম্বে অনিনা ইপগী য়থবু হিকতোক্লনা য়াইবী মাগা শিন্ননা ই. নিজগে অপোকপা।

খুল্লাকপা—পাবিখোয় নপা ঐগী মপোক শায়োন অসিদা শামান্নবা কনানা লাকচ খত্তুম চনখিবা লৈতে চাংশাং হাওবা কনানসু হুয়েল লান্দারকপা নত্তে লমচেন লমথোইবী ইমোম অমা পোকপদগী ইখুলগী লিচৎ কাইনা খুনবান লপান্নবম্বদগী খোয়ুম তাইবং পন্থিংনখিবনা লমচেনবী মাগী লুরেনবু খমুম লাইগী শবেন চনগে নিং নপা ঐনা পাউজেল পুং য়ৈবনি। অদুবু মপা ঐগী য়ার ইন্দনা চেক্লা অপিখক "মোংবা থামত্রং চারু" মালেম লৈতানা খোংথাংনবগুম কামজাও হুনখিবা ইমোম মঙম্ কয়া সানগনি. মশম খুদাং য়েৎনা নপা ঐগী মাংদা পুবকউ।

থৌবা—করি রুনো পম্থৌ, ইচন মাদি ঐখোয় খ্বায়গী ঈরেমথাক্লি,

মদোম ঙাইজবী মাগী লুরেন্না খোয়ুম লাইগী শরেল চল্লগা ইপাগী নিংবা থু'ঙ্খন লাইগী অপেনবা শিংদা চনগদবা লৈরবদি পোবা মিংথোনবিবা নপাবি ঐগী লুরেন্না ইচনগী মহুৎ মরেং শিঙ্গগে পন্থৌ !

খুল্লাকপা পরি খোবা, লংজখিবা মরান্দি মশা মশানা ফংক্নম থোক্কবরা ?

ফৈম্বে—অচুম্বনি পন্থৌ, অদুবু ইচন মাগী লংজখিবা মরাম্ন খুঙ্গাগী অমদি তাইবং কনাগী পুক্লং খাম্বী মৈচুরুজ্জুনা রাখোক লান্থোক্রখিজুনা য়াইবী থরাই মাংনবা ইচন মানা খোশিন-খিবা লৈত্রি পোকমিন্নবা মবুং অমদি পন্থৌ অপোকপা মপাগী মকাহদা নাওথি শাজবী ইচনবু পন্থৌমরা থকথেংননা রা খৈজিনবিবা ইচন মাগী মরালগী রাথেংক্নম ওইদুনা মহুৎ মরেং শিন্দুনা নপাবি য়াইনবা ফৈম্বে ঐগী লুরেন্না লাইগী শরেন চনবিবদা চিনবান খেঙুম লাদনা পুক্লিং লৌথুপ্পনন পন্থৌগী য়াথং ইঙ্গগে অপোকপা।

খুল্লাকপ—মনাগী য়াথং ইন্দবনা মচাশিংগী হৌনশার ? হন্নুবা ঈতিং সোক্ল ফাওবদা নচিন নোপ্ৰা চংনা ঐগা চিন্থক্লা রা খুম্বদি শাম্ম পঙল হল্লে থোওইদবরা ?

থোবা—করি রানো অপোকপা, ইচন অমদি পন্থৌ ইপাগী য়াই-বগা নপাবি অনিগী য়াইবাগা মহুৎ মরেং শিন্নজগে হায়দুনা মকেং ইখুন্দা শারে হোংদনা থরাইনদুনা ফিরেপ তাম্ন হিংবনি অপোকপা। ইচন মাগী মহুৎ মরেংবু মবুং ওইবনা

# তশুবা উৎপা

( চীং লম্বী )

ম্যাচংবা মতম

লম্বীগী নাকন্দা লশিং পাম্বী কয়া কয়া হৌরি পামেল উ কারক্তা খোঙ্গমেল্লে, কাকলৈ, উরীরৈ কয়া শাংলি মকেং চনু শাংকাইরবা লশিং মপান অমা হেক্তুন মপুক্লিংগী য়ারা কোংদোকচরি। )

মকেং চনু—লোইবী চীদা শাংপী হেম্নৌ লশিং লৈ. মকেং নতা-শিংগী নাচোমংলৈ, নুরাগীদি চান্নরোই, হৌখিবা কুমজা কয়াদা চান্নবী নংনা মকেং চীংশাং নাপেমদা মুজাশিংগী পুক্লিং হুনা থেন্দা, হাওরৈ লৈরাং খুমু চোংনা মকেং লোকনাই চীংলেন্দা চান্নবী নংগী য়েম্নিং হুনবা মতমদা নমান্নবী কনাগা রাংবা চাওরৈ শমান্নদনা পামেল উগুম চাওরৈনবী ইতা নংগা পাইমা য়েম্নিং চেংলু- রামী-রাকাইননবা নতা-রোই কনা লৈতংনা লৈরাং নদোম উয়োং খিন্দুমা শিঙেল নাতোম্মনা মকেং চীংশাং চীংচেপ্তা নকুমগী মতম ওইবনা অনৌবা নশা নরেং চোংনা নদেম নবুক্লিং কোংদোক্লনা লৈশাং তমভৈদা খংবিনবা কনা য়াওদবনা ইতা নংগী লৈয়োমমুংগী লৈনমবু অহাংবদা ভিনখিবা নতা ঐতনা মুংখংনজেদো লৈরাং ওইবিশিংগী মতংগী পুক্লিং রাখনবু মুংখংবিবা লম-জাও কোনগী মালংবনা শিঙেল নংগী লৈহিনরবা লৈনমবু

হুমদোকপীদুনা চান্নবী নংনা মালং ইপাম ইপান লাংনতা লৈশাং তমখিব' নতা ঐগা প্যাংখক্রি। অদুবু ইতারোই নংদি পান্থোইননা নচু চুরেন তথোইবী পসোংবুম্ন। লৈশাংনর-ক্তুনা মকেং হাওবা ইখুনগী নতারোই কয়াগী থুজেং পালোই পবৈনদুনা কপত্রেং য়াচিক য়াখোংনদুনা কাপোন্নুংদা লৈফো-ম্ননা লৈশাং তম মোইথাপ পোপ্লে হারৈনা, শিন্নাইফবী তরেং-খুং তৈর উকনদুনা লংহিং লংশেং লংজ থাই, নতা-শিংগী নামব ইহোং অও ন নতাশিংগী তেংথে' তেমৈয়নদুনা তাইবং মকেং ইখুঞ্জাগী চরৈ নমখাং ওইদুনা নংগী পুন্সিগী মপুংনখিদো চান্নবী। ল ইবক থৌবী নত, ঐদি পলেম পস্থৌ হায়বা ইন্দী মমোম ওই, শিঙেল ইমান্নবীলক্তুী লিন্দাওবী ওইবনা মপোক মহৈ য়ান্দনা নিংজবা পুক্রিং নুংবংন, অপাম তেনজিন পং নুংশি তেঙ্গে তেক্তুনা লংখাংদা লৈখোক লোয়দুনা লৈশেম্বা মপুনা নোংদম কুমদমবিদ্রবী শম্বল লৈরাং ওইরেদো ইতা! ঐগী মপোক উনমক ইত রোই নংদি মহৌ-শারোন থিংজমদ নশুং নমান্নবী কনাগী অনামন্ন হন্না মিং-য়েংনরমদন' মালং ফোরোইদা ঙাইনা লৈরাং লৈশাং তম-লিবেহৈ। ফরে ইতারোই ঙসি কোরৌ নোংদা নতা ঐগী পুন্সিগী অরোইবা লম্বী চান্নবী নঙোন্দা তাক্লমগে। (লশিং মচেৎ মচেৎ লম্বীদা থাদরমই) চান্নবী ইতারোই লিংজেন থান্নবা ইপানা মমোম ঐবু খোঙ্গুম্নরকপদা অমদি পস্থৌ থোদা ইনবনা পাঙ্গলননা মথৌনরবা ইবুংশিংনা মচন ঐবু অথিনরকপদা লম্বী লৈফেনখিদনবা শিঙেল নংবু সোরোক

য়াংবী থকসিদা লৈবাক লৈকা শেংনা থাদরমদুনা নতা ঐগা ঙাহাক পুঙ্গেই লোইননা বাংলন খরদং অসি খোংলোইমিন্নবা শিংঙেল পাইম সিবুক্লুং থরুম হকচানবিগনুকো হৈতা।

(লশিং য়েনা য়েংনা, মবু অনিতিনা তা পাইনা মচনবু খোঙ্গুন্নবক্কই)

থৌবা – ইনামা মতৈ হুসি কোরৌ নোং অসি ভাঙ্গোকপা খেংচংনি। পন্থৌ ইপাগী য়াংনা অউইনখিবগ মগী মহাকফবা পাবোই থাগে ন্নরক্কুনা ইনমদা নুঙ্গন্ননা চাংখরক্লগী ইচনা মখৌবি তোংদমদ খংথোক্তুনা লুবেল তুগা কল্লগ ........ইস ক্ষৌম্ব, ইনাও ক্ষৌম্বে (ক্ষৈম্বেগী মরেংবান অনি শুপ্পাইননা নিক্কুনা রাকংনজে) হাইবু নং ঐনী অসেংবা ইনাওর ঐগা মচনগী লুবেল নকৃওম্বা নিনু শি থঙ্ড্রবা নকেং হ ওবদা?

ক্ষৈম্বে—মাংলে হাওনা ওইনমকসু ক্ষৈম্বে কৌবা ঐহাক অসে থৌবা ইয়াম্বগী চংনবা মনাও ঈরেখাক্লি।

থৌব – অতুদি হাইয়ু, নং নখুৎমক্লা ইচনগী লুরেল ককওমগদ্র? তপৌকবা ইচনা। শমু কোক্লেল অতুধু মশামখুদা য়েংন পাই খুংসু থাংলেন শংতুন লাইজ ঈশিং খয়োংনজবদা ইপ ন্নরবা ইচনগী চবম থুদাপ্লত্নুনা মখৌবি তোংদম তো শাদ শাহিং চাবনা চিঙ্গাক্লরবা মিন্নুংশি থংদ্রবা থৌবা ইথুংন থাংয়ান্নরগা নাকেন-বণ্ডম কেল্লবা ইচলগী লুরেল তোংদম অতুবু পঙ্গেগী থৌশি থৌদানি হায়ডুনা লেরোন শরেন চনগদবা! নক্তে, নক্তে, (ককওাওনদুনা নোক্রেম্লনা) পন্থৌ ইপাগী য়াংদি অমত্তা ঙাইজবী নচন অদো ইপাগী নাক্তা পুরকউ মথেল লুকোই

মরাং কাইনা থেল, নচিন নৌপ্বা নখোয় পুম্নমক পুম্না ইপাগা ভরা চামিন্নসি কোলোইনরকপদা থৌবা ইনানা তায়োম্নবনি নত্র ফৈম্বে ?

ফৈম্বে—থৌবা ইয়াম্বা নংনা কোলোইনখিবা য়ার বু তুংইন্নরগা পাম্থৌ ইনাগী য়াথংবু ডাক্ত শিন্ন, ডাকশিন্ন অমত্ত ডাইজবী ইচনবু মকম থংনা শারোংনদুনা পরিংননা খুন্দাহল মোংবা ময়ুম য়ুমলিংনহল্লমসি অদুমুংগী দমক ইচন মাবু হান্ন খোঙ্গুন লিদুনা শাথেংনখিসি পোরম পোপাংদি তুংগা ব্রাথম্ন পেসিন্নসি ইয়াম্বা। (থৌবনা লশিং মচেৎ উরকপা)

থৌবা—ফৈম্বে য়েংউ নং এৈনা খোংদোইরকইবা সোরোক য়াংবীথক অসিদা লশিং মচেৎ মচেৎনা পরেংনদুনা তারিবা অসি তাইবং কমাগী ব্রাথল হিরিনো চিংন পরৈ থাংইদা ইনাও ?

ফৈম্বে—ইয়াম্বা থৌবা মসি মুংগী কাংলোন ব্রাথনদুনা থাদরম্বা লশিংনি ইয়াম্বা।

থৌবা—চুমই মুংগী কাংলোন থংবী ইচমনি, মাগীনি হায়না তুংইন-বিরক্কদবা কনানা ইচনগী খোঙ্গুন লিবিরক্কবা হেল্লো লশিং মচেৎ মচেৎনা মাগী লম্বী তাক্লমলগা মিপাইরবা মবুক্কিং ব্রাথলগা অপক্লনা খোংথাংদুনা ময়ুম মোংবা মরাম্নুংদগী পম্থৌ ইপানা তাম্থোকপিরদুনা কাইদোংকম থংদনা পাইরবী ব্রাইথুংকম উদনা শাথপ্নরবী মিপাইরবী ইচনদো মুংগী কাংলোন থংমন্দুনা সোরোক য়াংবী থক্লিদা তেংবাংবিনবা কনা থিবদা মদোম ব্রাথল মুংবংনখিবনা লাইজ ঈরোম্নুংদা ঈরাক্লরবা

কনানা অতাওবা ঈকা লামদুনা য়াইবী থরাই হিংনবা মতেং ওইনগে নিংলুবগুম মতু দা মিরেন্দনা ইল্লবী ইচনদো মাগী ওইবিবা কনানা ইচনগী খোঙ্গুন লিবিরক্লবা সোরোক য়াংবী অসিদা লশিং লৈয়োম শেংন থাদরম্বনি চৎসি হৌজিকমক লশিং খোঙ্গুন লিদুনা মিপাইরবী ইচনবু শা-থেংনরুবনা ইচিন ইনাওগী ইখোনি।

কম্বে—খোংকাপ কমজাও হুনবিরসি ইয়াম্বা।

( চৎমিন্নখিবা )

---

*Light off*

# ৪শুবা উৎপা

## ( মকেং সুরুং )

### শুক্রা মমলবা অহিং

( মকেং চম্নু নোংথক-নোংখা য়েংন মপুরে ইবগী লাইপাও ভাইজরি অথাক-অরাও অমদি নোং-মুংশিংকা লোইননা নোংথাং কুপলি )।

মকেংচম্নু—হেঃ খোয়ুম লাইনিংথৌ পাখংবা, নংগী খোঙ্গুল লি-রকপদা মিপাইরবা পুক্নিংনা খোয়ুম নংগী শকোংকম সুরুংদা নলাই ওইবিনা খোংদোইজরকপা ইপুরোই নংদি মুজা ইপাও ভাবিদবনা থম্মুং য়োৌনা ভায়োম্নবিথ্রবোই। ইবুংঙো নংগী

নয়াথংনা তাইবং লৌশিং খিবিক সুম্মীদুনা মতম খোংলোই তুংইন্না তাইবং ইশা লক্তা তিনওমদা নোংখৈ লৈরাংগুম লৈশাৎ তমলেদো ননাইদি। অপাম মুংশি লংথোকওে ইবুংঙো নংগা হায়ন শিংনখিবা অমদি থুম থোইরবা নয়াথং কয়া কুবিখিবদো তাইবং ঐখোয়না পিরাং পিশুংননা খে য়ুম নংবু কৌরবা মাংসোক উসোক হনবিবা মতম ওইদ্রিবরা হেঃ লৈমুং লোপ্পা পাথংবা। (লাইগী শহুমগা লোইননা শাকোংলকই)

পাথংবা—ইবেম্মা, তাইবং চনু মুংশিনু তাইবং নখোয়গী চংনরম কাইনা ঐগী ইকাই পাংলকপা অন্না তুরৈ চনবা করি লৈ অনা নাহে তানবা করি য়াউই কোলোই নপাওনরো মুংশিনু?

মকেংচনু—শাংলেন শাৎপা ইবুংঙো, খোইজি মিহুন মিতমখিওে থঙদবা পন্থো খম্নরে তাদবা ইবুংশিং তারক্লগনি তাইবং মকেং ইখুন্দা লিন্দাওবি মুজানি মপাওনখ্রগনিদো। তাইবং ঐগী চংনরম কাইনা খোয়ুম নকাই পাংজরকপা লিংজেল খারবা ইপাগী পিবুক থংলুবনা খোয়ুম নরান কাদা মুজা ইপাউতদি তমলনগে নিংদুনা শিংনবা মতম য়ৌদনা মিপাই-নবা য়াথলনা লমজিংদুবা থংলেম নংনা তাকপিখিবা তুংগন্না মকেং মুরুং শাকোংকম মুজা ইদোম খোংসাঞ্জরকপনি খোয়ুম ও!

পাথংবা—তাইবং চনু মুংশিনু, নংগী থুজেং পালোই লাক খোং-লোইজিন্নদবা কোরৌ মুমিৎ ভাইকদরে নিং তাইবং নংবু

খুৎসম্লরগে। অদুনা ইবেম্মা ওসি কোরৌ নোংদগী নপাম খোংদাকনরে নত্র য়ুমগুম্লকরে, লাও খোয়ুম ঐগী লাইরম পাংন নংবু লমজিংগে, তেংবানবা মপুগী থৌগায় পুদুনা পাখংব ঐগী শাখাইদগী শায়োল্লক্কদৌরিবা নংগী পিবুক্কুংগী মোনু অঙাং অদুনা হয়েং ইপান লাংন হুংঙা খোঞ্জেলনা মিকপ্লরক্লবা মতমদা লাইগী কাংলোন থঙলক্কনিদো ইবেম্মা হৌজিক্তি নখুনগী তাইবংচা পুম্লমক নংগী খোঙ্গুন লিরক্লগনি অদুনা পাখংবা ঐগা লোইননা খোংথাংমিম্লরসি ইবেম্মা।

মকেংচমু—শাংলেন শাৎপ' মপুও লমলেন করি লমদমমুং ইপুরোই নংগা অপক্ক খুনবান লৈপানমিম্লবা কংজদুনা ঈফাং ঈচেম্লরক্কুনা কুমশিং থাশিং মপুংনথিবনা লমশাননা খোংদোইনঙমদ্রবী নগাইবু ইপুরোই নংগী নতুং ইহলনবিগনি।

পাখংবা—তাইবংচা সেৎন ঙমদাইয়ম খোয়ুম লাইরক প্যাংলক্লবি ইবেম্মা লাইগীদি খুবম্লবনা চৎনরমনি তাইবং লক্কা খুন্দা লৈত্তাকদে অদুমুংগীদমক্কা পাইমা ঙমলাংনরুমু। লৈশেম্বা মপুগী হোংকদ্রবা অপাম মুংশি লম্বীনি। হয়েং তাইবংচা সিংনা থঙন সোম্লহৌনবা য়েৎহেল্লৌভেদগী সক উনফম মকেং মুরুংদা কুমনিংঙাই ওইদবরা ইবেম্মা? (চৎমিম্লথিবা)

(কহৈবা লশিং য়েংনা মাং থাদুনা লাকমিম্লৈ)

কহৈ—ইম্লাম্বা থৌবা ননাওনা লশিং খোঙ্গুল য়েংন লাকচবা শিংঙেল লশিং মশক উথিদরে লমদম অসিল্লাইদা থমথরে।

থোৈবা—লশিং মচেৎ থমখ্রবদি লমদম কৈদা পাংলগা ইচন মাবু মাংসোক্লগনি ইনাও ?

ফম্বে—থোৈবা ইয়াম্বা ! লশিং মচেত্তি থমখ্র অদুবু তাইবং মীগী থোঙ্গুন তারিবা অসি ননাওগী পুক্লিংদা অনিংবা অমা লৈরে লমদম অসিদি ফাইবং মীনা লমবেন্নবা য়াংদো লম্বী নত্তে অদুনা................।

থোৈবা—করি ফম্বে তাইবং মীন লম্বীনদবা য়াংদো লম্বীদা তাইবং কনাগী থোঙ্গুন তারিবা ?

ফম্বে—মিংয়েং লাকপিয়ু ইয়াম্বা !

থোৈবা—মাম্নি তাইবং মীগী থোঙ্গুম্নি, ইনাও ফম্বে করিগুম্বা মদোম ঙাইজবী ইচন্দো খোয়ুম মাগী মকাইদা লাইরম সোক্ল খোংদোইরু তিল্লম লাম্ন লমলান্নরুবনা মরম্নদুনা পাম্মুজ-রবা ইচন মাগী য়াইবীবু খোয়ুম লাইনা চুপথিবা থোক্লবদি থোৈবা ঐগী মপোক কমদোৈনা নুংবী নুংশানহৌগনি ফম্বে ?

ফম্বে—রাখল লৈফেনবিথিন্নু; ইচনগী থোঙ্গুন লিখুন্নথিবনা ঐখোয়গী থোৈ পাংনবা ওইদবরা ইয়াম্বা ?

থোৈবা—ফম্বে চৎলু, হৌজিকমক ইথুন তান্না কামজাও হুন্দুনা পল্লৌ ইপাগা মকাইদা তচুম্বা নপাও তমলু। মকেং তাই-বংচা কনা অমত্তনা লম্বী-দ্রবা মকেং স্নরুংদা তাইবংগী থোঙ্গুন তারে চিংনব পুক্লিং অমনা ইচন মাবুম্নু শকউনদ্রি অদুনা রাংলেন থিন্দনা থোংদোই বিরক্তবা য়াদে হায়দুনা নপাউ-রু ফম্বে।

( খুল্লাকপা তিমেন তাসিংনদুনা খোংদোইরকই খোংলোই অমস্তু লোইনরি )

কম্বে— এ: ইচন মাবুস্তু শকউনদ্রিবৈ অসাওবনা মাংওইনদুনা খুল্লাকপা ইপাস্তু খোংদোইবিরক্লে ইয়াম্বা।

খুল্লাকপা—পারি থোৱা নচিন ননাও শাগোম্লনা লমহেনবী মাগী খোঙ্গুন লিখিবা করম্না নশিন পাংলবগে নপাউ তাসি পারি ?

থোৱা—পস্থো অদুনুংগী দমক লিখুম্নরকপনি অদুবু মুংবংনবা থোওংনি অপোকপা। মকেং স্তুরুং লৈনুংদা তাইবং মীগী খোঙ্গুন তারিবা মিৎয়েং লাকপিয়ু অপোকপা।

খুল্লাকপা—উম: খোয়ুম লাই শাথেংনরুবনা তাইবং কনাগী য়াইবী চুপথ্রবা !

খোংলোই—ইখুল্লাকপা ইপা: খোয়ুম লাই শাথেংনরুবনা নমোম মাগী য়াইবী মাংবা থোক্লুনা থম্মুং শর তানথ্রবস্তু খোয়ুম লাইবু ওমদাইদুনা লাইগী নাহেরোল মিখৈ শক্লুনা নমোম মাগী থরাই অমদি মিগা থানা অরুনমকপু তাইবং খেঞ্জেম্লনা কৌকদবরা খুল্লাকপা ?

( ময়ামওক্লা লৈনৈ, থোবা কম্বে অনিনা মচনগী মশক উররোই রাথম্নরুবদা থিংওমদনা পিরাং পিরোইনরি, খুল্লাকপনা কোয়েং য়েংওকপদা মপারি থোবগী পিরোইনরবা শককম উরকই, মমোম লাংলেন মকেং চনুবু নিংশংলকউ মুংশা ফুংনা অহিক্লরি মরক অসিদা খোংলোইন। স্তুরু: মনুংদগী মকেং চনুগী চবৈ নামথাং

থেংনরকই খুল্লাকপা অমদি মবুংশিংদা উৎলি )

খোংলোই—ইথুন লাকপা য়েংবিয়ু তাইবং মুবী কনাগী চরৈনো নমোম মক্লি চরৈ নমথাংলা ?

থৌবা—মাল্লি চরৈ অসিমক ইচন মানা নমথাংনখিবা চরৈ মক্লি ! পন্থৌ অপোকপা খোয়ুম লাইবু নাহৈরোল শক্লা খয়োম লাক অমত্তা ঙাইজবী ইচনবু অমুক্তদি শকপাম্লহনবিয়ু পন্থৌ ।

( তপ্না তপ্না খুল্লাকপ মুরুং মনাক্ত চংখিদুনা নাহৈরোলশক্লি )

খুল্লাকপা—হেঃ খোয়ুম লাইও মিরান লাই চৌংঙু লাইও লাইনিংথৌ, পোকলেন পোকপা অপোকপা খোয়ুম নংগী লাইরম থংদনা লমল্লাল্লু খোয়ুম তিল্লম সোক্লা খোংথাংলুবনা ইমোম মাবু ঈথেংনন চৈরাক পিবিবা হকথেংননা ব্লাতেম্বীরবস্থু মমোম পোকপা পন্থৌ মপা ঐনা ইমোমগী য়াইবী থরাই মঙা মিগা থানা তরুকমকপু মিকোন থাগোম্লনা কোজবা তান শিন্ন তায়োম্লবিগনু তাইবং অপক্লবিবা খোয়ুম নংনা পন্থৌ নত্তনা পন্থৌ সাঃ পলেম নত্তনা পলেম সাদুনা ইমোমগী থরাই মঙা মিগা থানা তরুকমকপু লিচিংবা পন্থৌ মপা ঐগী য়ারা তাবদা কোম্লাংনবিদুনা ইমোমগী য়াইবীবু কোম্লানবিগনিদো খোয়ুম ও ! অহানবা চক্ত হায়নখিবা লেপ্নখিবা তুংইন্না শারোই-ঙারোই লুতিন্নকদে তিনমু লাইমু মকৌ তম্ফদবনা অপক্লবিবা খোয়ুম নংনা ইমোমগী য়াইবীবু কুবিগনিদো তাওহৈরোই !

পাথংবা—(স্বরুং মন্নুংদগী) শা তাইবংচা শা তাও তাইবং নিংঙোল ওইনা পোক্লবী নমোম ওইনা লাংঙোম্নরম্বী মাহাকপু নচানি নমোমনি হায়দুনা অমুক কোইথিনরুরগনু খোয়ুম লাইরক্ত তিনদুনা পাথংবা ঐগী তালোইশিংদা চল্লবনে খঙও! অদুগা হয়েং ইন্নুং ঙানবদা তাইবং মকেং নখোয়গী মঙকৎ তমদুনা যন্দং শামোক্ল ব্রাকোংপনি মসিনা খোয়ুম লাইগা তাইবংগা ব্রারোইপোৎ ব্রাখৈনবা শক্সি তাইবং চন্নু মাগী মহুৎমরেং শিন্দুনা মঙশৎ মঙকৎনরবনে।

খুল্লাকপা—খোয়ুম লাইগা শারোইন তালোইশিংদা চনখিবনা ইমোম শকউনরোইদবা, ইচাগী মহুৎ মরেংশিন্দুনা সন্দং শামোক্লা ইথুনগী নামুং কোকনবা মঙকৎ তমলক্লগদবা! খোয়ুম লাইসু হাকমল্লি মপাম্নি মমোম শেৎ-থাইনবদা পলেম পন্থৌনা কয়াগী মতিক ব্রানঙাই ওইবগে হায়বা খঙমন্নসু খঙবিদেদা! ইপাগী ইমোম ইবেম্মা অমত্ত ঙাইবী থদোইন্নু ইমোম নংনা করি ব্রাথল নুংখাংলুবনা তাইবং শামাল্লবা সেৎনা থাইনরু, ইপাগী নাক্তগী খুলান্দুনা খোয়ুম লক্তা তিল্লুবা ইপাগী থাদোইন্নু, লিংজেল থারবা নপা ঐসে ইমোম নংগা কাইনবনা চিনবান থক-থা চিক্লা তক্লিনদবা ঙমদেদো অমত্তা ঙাইবী থাদোইন্নু। ইপাগী যারা খোনকম তাবদা পুকথা লিনখানদনা অমুক্তদি কোলোই নপাওরকউগবা লাংলেন।

মকেং চন্নু—পন্থৌ অপে কপ নমোম্ন লমকেৎ লমহেনল্লুবনা খোয়ুম লাইরক্তা তিল্লুবা নচ্চদে, ইপাবু নুংশি ঈথমনরুবনা মকেং

ইথুন থাদোকচবা চত্তেদো অপোকপ' নিঙোল ওইবী মপোকনিনা তুংগী পৌরম থংজরুদবনা মকেং ইথুনগী লেং-মান্নবী ইতারোই কয়া সেৎন থাইন' অমদি পন্থৌ ইপা কাইনা মৈশা লাংলিবসে অপক্লবা খোয়ুম মাগী অপাম তেনকাপ্প শমু ইশ শাথৈঙ্গহোবা ঙমখিদবনা খোয়ুম লাইরক্ত অও'নবদা তারেদা পন্থৌ, হৌজিক্তি লাইরম লম্বী খোংথাং লুবনা নমোমগী পাইমা নুংবী চেখ ইনা লব্রাই লেম্ফু কাইনা রাখল্লজবা মঙ্গাইবে পন্থৌ। তাবিয়ু ইথুনগী ইবুং ইপা অমদি শামান লেংমান্নবি নখোয় খ্বাইগা ঙসি কৌরো নোংদগী তাইবংদা ইপান্নবা শকউনরবোই ঙসিন অরোইবা ওইন' সেৎন থাই-রসিকো মকেং তাইবং থব্রাইনরিবা ইথুঙ্গা পুন্নমক।

খুল্লাকপা—পারি থৌবা, কম্বে, ইথুনগী খো'লোই নংস্থ তাও, ইমোম মাপদমক তাইব' ইগোপ্লেন খোক্লা কপচ লাওজবা মঙাইরে ইমোম মশক উবদি ফ'লরোই খোয়ুম লাইমক্লা ব্রাকোং মঙকৎ কুবিশ্রবনিনা তাইবং ঐখোয়না ঙকচাও থেক্রুডুনা কাম্নদ্রে ঐখোয় পুমন্নক ইয়ুম মোংবা ইরানয়াই খোংলৈ থুনা ইলুন তমললসি। ইমোম কাইনা মৈচাক্লা খোঙফম চুম্লা লেপঙনদা মালেম নৈদা হাইথখিদৌরে হৌজিকমক ইলুন তমললসি।

(খুল্লাকপ খোংথাং চুমদন' চৎলি থৌবনা কোল্লি লোয়ননা)

---

*Light off*

# শেংবা উৎপা

## (উমৎ) অয়ুক

(য়োংয়াম খুন্দিন্নরি য়োং অহল অমন' নহাশি বু পাওতাক-পিনা ৱারী ৱাঙাইনরি)

য়োং অহন—ইচাশা ইনাওশা য়োংয়াম ঐখোয় পুন্ন-ক হন্নুবা হন্নুবী, ইপু, ইবেন অনি লৈতভৈদগী চিঙ্গাক ৱাংনা খুনবান লৈপাল্লে, পুক্রিং নুংঙাই মরাং কাইনা লৈতাদ্রে! অদুনা ঐখোয় ময়াম পুন্দুনা পু অহন মান পাওতাক ৱিন্না মতুং ইন্না পু অহন মাগী শায়েন শাক্তোংক নোংম ময়োকথৌ নোংলুম কোনফম খুভমদা তাইবংনা ঈরাৎ থৌরম কৎ-নবগুম য়োংয়াম ঐখোয় পুন্নমক্লা লিক্লাং পরেংগুম লেংদুনা পাইমা পুকচেল অমত্তা ওইনা পাঙ্গল থেক্লা মতেংনদুনা ইংখোল পাম য়ান্নবসি। য়াইতোং খুবম্নরম্বা পু অহন মাগী থৌগায় নত্তুনা ইরন্নাই পুকথন্নবা থরাই হিংঙদ্রে ইনাওশা!

য়োং নহা—য়োংয়াম শরুপ লাকপনা নচা ননাও ঐখোয়বু থৌ-গায়বিদুনা ঐখোয় পুকচেল অংত্তা ওইনা ৱানা ইথোদাং কয়া শিল্লম্নরুরগা পুকথন্নবা হিদুনা য়াইবী মরাং কাইনবা থৌশিনশিয়ু, য়াইতোং খুবম্নরম্ব ইপু মংবু সৈংনভৈদগী শিল্লম থংনদবনা য়োংয়াম ফুরুপ অমত্তুনি হায়বা নাইরক্লে, ফুরুপ লক্ত কাংলুপ থাইনা মিচংনরক্লে, অকন অসোন চাংদমনরক্লে।

য়োংয়াম পুন্নমক অমত্তা ওইবা ফুরুপনি চোইজাইনদনা শিল্লম শিন্থহানবিদুনা অচুম্বা পথাপ্পা রায়েনবিয়ু শরুপ লাকপা।

য়োং অহন—প'ঙল্লবা য়োংয়াম পুন্নমক ত্তাও, ঐখোয় য়োং মসেন মিচংনব্বদে, অকন অসোন চাংদম্নব্বদে ঐখোয় ফুরুপ অমত্তনি। ঐখোয়বু ইহান হান্না পোকপিরকপদ ইপ ইমা অনিনি নুংবী নুংশাংনন পাল্লকপগী পানাও শিনাও তারকতুনা চক্রিক নাক্রিক্লরকপনি অদুনা ঐখোয়গী চমন্নরক্লবা মতম অসিদা পু অহন ইপু মাবু নিংশিংদবা ত্তমদে। ইপু মহাক্তি য়োংয়াম ঐখোয়না হায়জনা তাঞ্জরুবা পুন্নমক মচানি মশুনি নিংবিদুনা হিরম পুন্নমক্ত শম্না মফৈ অমত্তস্থ কুবিখিদবা লৈতেদো। অপোকপা মচাদগী হেন্না য়োক মিচানবিরকইদো।

য়োং নহা—অচুম্বনি অপোকপা মচাদগী হেন্না য়োকপিরকই।

(য়োংয়াম পুন্না তেংথা খোনগা লোইননা কপ্পরকই)

য়োংয়াম—হোঃ ইপু নুংশিবা ইবেন নুংশিবী নুংশিবী! নশুশিংবু কোম্না নবিরমলিবসিবু নশু ঐখোয়বু কনানা য়োকপিহৌ-গদগেনে ইপু।

য়ো নহা—মংলম কুমজা অমদা লৈনুং পানবু থাবদা খান্বী মৈরাইনরবা পান্দুম্না নশু ঐখোয়বু চিন্দম্নহনবিরম্ব হৌজিক্তি ইপু সেৎন থাইনরুবনা তাইবংগী পুক্লিং শাজৎ তমদুনা কাংলম শোইনা শিন্থারুদুনা পুকফত্তনা শিল্লহ্নরুদুনা "নুংলুম-নুংনাওবী" ফারুবদা ইঙা থাগুম কপচেৎলক ইঙেন থাগুম পেরাওনরক্লনা নোংমায়জিং চীংখোং থুম্না ঙৈরৈমা লাইজ মানা ঙথেংননা

ঈপোম্নবক্কে ইপুও, খোংবান নাৱা পেরেল হৈ গুম্বী হোংহু পান চাদুনা শিখিবা য়াংলেন কমপ্রেং মাইরেন চাদুনা হনবিরক্লোনে ইপুও !

য়োং অহন—তুমিন লৈয় ! করি পোরব সুংখংদুনা ইপু, ইবেন অনিবু লৈনুং পান চাদুনা য়াইবী মাংখে হায়না মিকপ মিরাওববা খোঞ্জেন্না ইপু ইবেনবু মিকৌনবনে ? পোরম থংদনা পে-থাংবা থৌরম থংদনাশিন্থাবা নহা নখোয়গী ওইনা তমলক্লবরা ?

য়োং নহ—হোঃ ইপু, নহানা থৌরম থংদনা শিন্থ কংনা খোয়বিল লিন্সাং থানা নহাগী পিবুক্লুংদা তুথুপ কাইবক্কে পুক চাক ৱাংপনা ইপুগী মিংলেম সোনঙমদ্রে য়াংলেন কমপ্রেং মাইরেন চাদুনা হনবিরক্লোনে।

য়োংয়াম—হোঃ ইপু সুংশিবা হোঃ ইবেন সুংশিবী খো বান নৱা পেরেল হৈ হোংহু পান্দুম চাদুনা শিখিবা য়াংলেন কমপ্রেং মাইরেন চাদুনা হনবিরক্লোনে ইপু।

য়োংঅহন—হায়রিঙৈ মক্তদা হয়া হেঃ থৌরম থংদা শিন্থাগনবা নহা নখোইগী হৌনশারা ? নখৌ কাইনা শিল্লম্নকংনা কয়াগী মতিক অৱানরে ! অহনগী য়ার তায়োম্নবনা কাংলম চেন্দুনা খুনবান লৈপাক্লে নহা মখোইনা নখৌ থা-না কক্-ঙাওনরে, নোংমগী মখৌ কাইরবা নহা নখোইনা চিন্দম চিঙ্গাক পুক থম্নবা ফংগনি নিংবরা ? পাময়ান লৌপেং তোক্তুনা কোইচংনখোদনা।

য়োংনহা—পাময়ান লৈপেং পোথাডুনা ইপুগী নাক্ত শিললংজরিঙৈ ইপা ইমাগুম নাওথি শাজরিঙৈদদি পাইমা মরা চেৎনা লৈতাজবা কংলমই লংজ-শাথেংকম, নাওথি শাজকম অহন অডুনা কোন্সাংনবিরমলবা মতম অসিদা য়োংয়াম শারুপ লাকপা অহন নংঙোন্দ। হায়জ-চৎচরুবা পুম্ন·ক ঐখোয়গী ইরান লংজরুবা ওইনা থোক্তুনা তুমিৎ মহুম্নরবা অকেনবা হৈবোং অমা ফাওবা কক চিকপা ফংলক্লে !

য়োংঅহন—( হনুব লাকপা উবা ) ঙায়খো, ঙায়খো, য়োংয়ামশা ঐখোয়গী অর়ানরবা মতাং অসিদা অচুম্নবা রাখলতনা মশি-ঞ্চাং ওইরক্রবা ইপু মানা, য়োংয়ামগী অর়াবা অসি খংবিরডুনা ঐখোয়বু উনিংবা মায়খোংনা তাম্ন মিৎয়েং লাক কুরুনরবা কমলাক্ত খুমাং লাম্না খোংদোইবিরক্লিবসি উদবরা য়োংয়ামশা ?

( হনুবা য়োংয়ামমরক্ত চংলকই য়োংয়াম্না ইপু, পূম্নমক্না হায়-ডুনা ফন ফন চোংই )

হনুবা—ঙায়খো, ঙায়খো, ইশুশা, নখোয়না অরানবা শক্তম্না নশাকোন লাম্না খুন্দিম্নডুনা লৈরমলিবা অসিদি করি নুংগী-দমক্লো ?

য়োংঅহন—হোঃ ইপু, নোম নোম, শগাইতোং চানবা লৈতে ইথুন হোং, ইপু ইবেন অনিগী ইংখোল পামলৌ পাংডুনা য়োংয়াম চংনা মিৎয়েং লাক, ইপুগী ইংখোল চুথেক মরি স্নুংদাই নিপাল কোইথিনডুনা উত্রা য়েংলুসি উ মঙ্গা য়াংয়াম শিংনডুন চারুরসি থুং ঞ্চরকপনি ইপু ( য়োংনাও তেংব রকই )

য়োংনাও—হো ইপু ইবেন, লৈম্নুংপান হোংহু চাদুনা শিখিবা য়াংলেন কমপ্রেং মাইরেন চাদুনা হনবিবক্লোনে ইপুও!

হনুব—ইশু খোম্মৈনা তেংথা নাওইদুনা নপু ঐবু কোবদি নপূনা নাওথেম শৈশকদুনা চরৈ নমখাং চেৎনা নম্বে নগেদো শবিশো। (য়োংনাও পোখৎপ) ইশু খোম্মৈ লাকওনা নপুগী নঙ্গন শাগেম্নদুন ঙবাং চবৈ নমলাকদুনা চিন্দম হৈবোং হেক্রুগনিদে খোম্মৈও! তাও ইশুশা নখোয় পুম্নমক তায়েম্নকদে নপু ঐগা তোংনবৈ চিন্দম চিঙ্গাক রৎপনা নরা অপিশক অসিফাওবা চিঙ্গক বাৎন হিংগনা অরাম-খোবাংবনা তেংথা নাওইন্দুনা লাম্বনা চদৎনববা মবুক পাইদুনা শায়াই চল্লরা পাঙ্গল্লবা নখোয়গা খোংলে ইমিন্নরেদো, অদুনা ইশুশা হনুবা নপু ঐগী পুক্রিং ফোরোইনদুন য়োংযাম ফুরূপ লক্ত কাংলুপ নাইকদে কাংলুপ লক্ত মিচংনকদে অসোন অকন চাংদম্নকদে, হৌজিক্তি নোংমাইজিং চি খোং থুম্না লাইজ ঈবৈমা মানা ঈথক-ঈচাওনবক্তুনা নোংমায় থুমখোং লৈমা ওইনা শায়োনবিরকপনা নখোয়না থুমখোং লৈমা ঈন্নাৎপদা নপুগী শিম্বা তেংবাংনম্নুনা থুম পুদুনা থুনহোংলগা হনুবা নপু ঐনা নখোগী নশাইকোন তং-তানা (পিবগনি) তমলগনি।

য়োংনাও—হো ইপু ইবেন; লৈম্নুংপান চাদুনা শিখিবা য়াংলেন কমপ্রেং মাইবেন চাদুনা হনবিরক্লোনে ইপুও।

হনুবা—হ, হ, হ, ইশুগী তেংথা খোন অসি তারগা নোংহৌরোল

পল্লিং ঈহৌবকইদা ! ( নোংথক য়েংন )

থা, থা,, থাবুংতোন,নচা মোরানবী পোবিগে, পোম্বী সনম নম-বিগে, হৈবোং, অনত্তা থাদবিরকউ। থা, থা, থাবু তেন ॥

---

*Light off*

# ভগ্নবা উংপা

## ( থোংভামপাং )

নুমিদাং ল্লাইরম

( পাংকি মতাইদা চিঙ্গোংলৈ হম্বু অমদি চোংঙ্গাং হাবুং কয়া কয়ানা পরেং পরেং শাংলি। থোংভাকলাইরেম্বী পাংকি মতাইদা লেপ্পুনা ল্লাংব্রেন খানা চাওবা য়োয়ুম মপুরোই মাবু ভায়জল্লি। )

থোংভাক লাইরেম্বা—খোয়ুম কাইও পরিংবা ঐবু লোইবা ইপুরোই, ভসি কোরৌনোং ইবুংঙো নংনা তাকপিবা মতুং ইন্না থোংভাক লাইকোম্মুং লক্ষাং অসিদা ইপুরোই নংবু ভায়জবা তাইবং চন্নু নিংঙোলনি। থওইবিদবা পুক্লিংনা খোয়ুম নংগী পিবুক্লুং অকাও চরৈনবিথ্রবরা? মুপিজা মপোক ওইনা তাইবং

শাম্নোম্ননা হীংবনা খোযুম লাইস্ন থিঙমদা, তাইবং খোযুম অনি লক্তা শামরক ঙাময়ক ওইদুনা তাইবং মপোক লোমবদা তারবরা, ইপুরোই নংদি থঙমন্নস্ন থঙবিদ্রবোই ? ( ব্রাংব্রেন শাকেংবিরকই )

ব্রাংব্রেন— থেঙাক চনু ইবেম্মা, মনুং, য়'ব্রা কাংন, মিস্না পিরাংননা খোক্লেন্নদুনা ব্রাংব্রেন ঐবু কৌবদি করি নপাওনগে নিংবনো ?

থোংঙাক লাইরেম্বী—খোযুম লাইও ব্রাংব্রেন খানা চাওবা, ঐবু লোইবা ইপুরোই, ননাই নুবী ঐবু ফনেক খোয়দোম শেৎ-লিঙৈ কুমলং নাদা চিল্লিঙে তাইবং লোশিং মপু নদ্রিঙেদা খোযুম নংগী তালোই শিংদ। চন্দুনা ননাই ওইনা লৈহন-বিরগা, তাইবং শা হকচাংনা ইপুরোই নংবু শায়োইনদুনা মিৎয়েং উসোক্লবা ফংদনা উতিংবগুম নুংশাং হনবিগদবগী শরুকপুদি ননাইগী থরাই মঙা চুপ মিগা থানা তরুকমক মশাগী মশাদা তিহ্লনবিদুনা শাবেন শাথুপনহনবিরো তাইবং মপোক লোমথ্রগে খোযুমও'

ব্রাংব্রেন—থোংঙাক নিংঙোল নুংশিনু কাওরবরা পাম্মুবী অদুঙৈদা ইবেম্মা নংগা ব্রাংব্রেন ঐগা অপাম নুংথেমনদুনা নুংশি পাইমা লংথোক্লঙৈদা সোইফদনা ব্রাচানখিগা ' নিঙোল ইদোম পোকপিনি মিরান কনাগী মক দা লৈরাং লৈশাং তমজবোই, খোযুম লাইস্নু লিখুন্নজ রাই, পোক্লফম লমদম লমনুংশিদা মোংবা ইর নয়াই শাগোমদুনা নিঙোল কাতুপশ-

থাদোক্তনা মপোক নুংশাং তাঞ্জগে" শরি শোন্না য়া-রানথিবা তাইবং নিংঙোল ওইবনা কাওন পুক্নিং শারোই-নবরা ?

থোংঙাক লাইরেম্বী—খোয়ুম লাইও পরিংবা ননাইনা তাইবংচা ওইনা পোক্লকপনা তাইবং তেংনা পানগুমদবা মপোক ওই ইপুরোই কাইনরবী তালোইশিংদা চন্দ্রনা মপোক্কী পুন্সি নুংশাংননা লম্বীনহৌবা তারবরা ?

রাংব্রেন—ইবেম্মা নংনা নপুরোইবা ঐবু থিরকপা, রাংব্রেন ঐদি নংগী রাথল খঙলবা খোয়ুম লাইনিদো অতুনা অনিংবনা কনবনা ইবেম্মা নংনা নিংবা থুংজরো অতুগা নরানয়াইদা পলেম পন্থো থাঙমদনা নিংঙোল কাতুপ শানাইজুনা অৎং-নজরো অতুগা রাংব্রেন ঐগী পরিংদি তাইবং শহুম ফংবন খোয়ুম লাইগী তালোই ওইনমক চাদ নাওদফক্রে নপারি নমোম শাংফক্রে মপু মাগী পুক্নিংদি হোংফদ্রবা পরিংনিদো ইবেম্মা !

থোঙাক লাইরেম্বী—খোয়ুম লাইদি ইপুরোই ননাঙ্গি ওইনা লৈজবী থোংঙাক নুবী নতালোইগী পুক্নিং খোংথাং কাইহনবিগনু। থন্নুং নুংবং রাথলনা তাইবংদা পানথোইননা হিংজবা ইপু-রোই নংবু মাংসোক মাংদা মিৎয়েং লাক মিৎচাননা খুন্দা লৈতাজবা খোয়ুম নংনা পৌজানবিদুনা মপোক লাংওন অসিদা কুবিয়ুগবা ইপুরোই ?

রাংব্রেন—ইবেম্মা তাইবংচা শারক লাম্না খোয়ুম লাইরক্তা তিল্লবী খোয়ুম তাইবং পুল্লবী তালোই নংবু পাম্মুবী, নয়ুম মোংবা

লান্দনা পন্থোগী ইংখোল চাইগোইমুং পাইমা ঈহুন তমদুনা মুরা অওংনদুনা শানাইরবা মুংশিনু, নংগী শক্তম থাগো-ক্ষদুনা য়ুম্বীরেন উখোং য়ুংদুনা য়াওং সংলেম্নু'দা পাম্মু মুংশি খোংলোই মিম্নদুনা নং ঐগী থোওং কাইদনবা থৌশিল্লশি ইবেম্মা।

(অনি খুৎশম্নুনা মোমোম্নজৈ)

---

*Light off*

# ৭শুবা উৎপা

## ( মকেং হারাওপুং )

### মুংথিল !

(মকেং খুল্লাকপা মচা মুপা থৌবা, কম্বে অমদি খুঞ্জা পুম্নমক তিল্লি, হরাওপুং ময়োন্দা যন্দং মকোক পুনবা চুক অমা য়ু'লি খুঞ্জা ময়াম্না লাইগী মিখৈ শক শোন্দুনা থোয়ুম লাইবু রাকাইনজরি)

খুল্লাকপা—(লাইগী পোৎচং হাপ্পা লা লাতোন অমা পাইদুনা)

হে: থোয়ুম লাইও অপোকপা পোকলেন পোকপা অপক্করিবা থোয়ুম নংগী লাইপাওনা অরেপ্পা ওইদুনা অদুগৈ মকেং ইথুনবু কোংবিগৈ মকেং তাইবংচা ওইনা শাম্নোনবিরকগৈদগী

খোয়ুম লাইগী খোঁদা পরিংনজরি। ইথুঙ্গ পুন্ন পুক্রিং অনি লোংদনা কৌরৌ পন্থৌ ইপা অঙদি মালেম ইমারেন অনিগী মাসোক্তা মকেং খুল্লাকপা ননাইনা খেয়ুম অপোকপা নংগী মঙকৎ তমজরি খোয়ুম নংগী নপোংপু খোয়ুম অপক্নরিবা তাওহৈরোই নংগী নপোংনি হায়না তাইবংনা অমুক নৌহৌননা নিংশিংজন্নুনা অপোকপা নংগী মিঙ্গৈ শোঙ্গবা মকেং তাইবংগী হৌনশা ওইবনা ঙসি কৌরৌ নোংদস্থ অপোকপা নংগী মিংলেনবু খোন্থোক্নবা শোঙ্গবা খোঙ্গেল খোয়ুম নাপ্না য়োনবা খোল্লাওনজবা মকেং ইথুনগী তাইবং পুক্রিংনি কুবিয়ূদো খোয়ুম অপোকপাও।

থৌবা—পন্থৌ, অমত্তা ঙাইজবী ইচনবু খোয়ুম লাইগী তালোই-শিংদা চনখে হায়বগীদমক যন্দং শামোক অমা ইচনগী মঙুৎ মরেং শিন্দুনা ইচনগী মমল শক্না তমলক্নগা মকেং হরাও পুং থেন্দা মথোই কানা মখে লাংবসে নপারি ইবুক্না য়ানিংদরে, হরাওপুংদগী খোংদোইজখগে পন্থৌ!

খুল্লাকপা—করি নুংগীনো পারি খোয়ুম লাইগা তাইবং ঐখোয়গা ঙমদাইনরিঙৈ তাইবং পিবুক অরোংনফদে পারি অদুগা লাইগস্থ ইবুক থোক্না শিংনফদেদো পারি!

থৌবা—খোয়ুম লাইগা শিংনফদে নিংলুবনা থৌবা ইবুথোক্নী রাবু খোঙ্গেল থোক্ন হায়জবতনি। পন্থৌস্থ তিল্লাং থয়োৎ-ননা রাখন্নবিয়ু অপোকপা। অনি সুনা পোমদ্রবী মদোম হায়না শাৎচবী, থৌবা ঐগী ইরেমথাক থাদোইনরবী ইচন্নি, ইসুংনা শরা তৈরকঙৈ কোরৌনা নোংদমলকপদ, মদোম শাৎচবী

ইচন্না পাবন থক্লগী য়াহৌরকতুনা পন্থো ইপাবুস্ন য়াকা-ইবম মথং মথং ইমুং মনুংগী মিবোন স্থনা হোদো-ক্লমলগা থোবা কোবা মবুংনি খন্দুনা মিববা খোঞ্জেন্ন মবুং ঐবু যাকাইবিবন্বা অতুবু ঙসিদি কদাই নুংশিজ্জরবী ইচনগী য়ারা তাখিদ্রে, রানা পামলোদগী কুমলকপদ ইচন্না সু বিবা য়ুংতিং খিল্লমদ্রে, কৌরৌনা নারল রাইরকউঙে শমোক্লা থবাই পোঙ্গাল তমকপ মতংদা মদোম্নজবী ইচন্না মতা লক্ক তিননিংনমক পন্থোগী মিচে কিবনা অমদি ইমুং মনুংগী থোবম পুন্নমক শিল্লম ওকপনা ইগংগা ই থোল চাইগোই-নুং থাদোইনরিবী ইচন্না মাইকৈ মরি থুনা চং স্নুংদাই নিপাল থোংজোইনদুনা নাইতোম পইরবী চেক্ল গুম অনৌ অপেন কোইখিনজদুনা মবুং ঐখোযগা মথেন লুকোই লাং-নবা শিন্থাজবতনা মাওজন খিনথ্রবা ইচনবু থোবা ইবুক্লা কাওঙমদবে পন্থো নপাম্নি থোবা ঐগাক্তি ইচনগী শাবোন শাথুপকমদা অরোইবা ওইনা মিংগোজকুরবা তাইবং মপোক লোমজথ্রগে।

থুল্লাকপ—অহুম্না য়ারনফদে পাম্নি, খোয়্রম লাইগা ঙমদাইনদুনা য়ারাননা রাতানবিউঙে তাইবংনা লমকৈনফদে পাম্নি। কুবি হৈবনা লাইগী পবিনি লমকফনগনু পাম্নি, ইপাগী অংক্লা ঙাইবী ইমোম অদো খোয়্রম লাইগী তালোইসিংদা চন থ্রবনি অনুক হুম্না মকেং ইথুন্দ শারোইননা পাল্লগনি থল্লুরগনু পাম্নি।

থৌবা—তাইবংচা পুম্নমক মপারি মমোম পোক্লবিব চাদ নাওদনরিবা ঙাহাক্তনি ঐ ঐগী ইচন ইগাবু খোয়ুম্গী তাঙোয়শিংদা চনখ্রগা মাংসোক উসোক্লফদে খোয়ুম লাইগী পরিংনি হায়বসি ককফদ্রবা লাইপাও ওইনমক মচন নুংশিবগী ব্রাখন্না তইবং শা হকচংনা হিকথনা পাইমা নংবংননা চংনা খাম্মী মৈরাইনবগুম খাংলিবসে খোয়ুম লাইগী পন্থুংফমদা ?

খুল্লাকপা—খোয়ুম লাইগী পন্থুংফমনি ঙমখৈ নাইদে পারি, তেংবান্নবদা থরাই পানবা চ-শিং লাকঙমদনা পোক্লনি চাশিং লাকঙমদনা শিখিনি অদুগা থরাই য়াইবিরেন হায়বা অদুদি মাংখিবা নাইদে খঙও ! ঐ ওইনা শায়োনবিরে থরাই য়াইবীরেন মহাক্না (ঐ ওইরিবা অদুনা) মথং মথং মচা মশু অমদি শুথাং ওইনা শায়োন লাংওনহৌগনি মশক মওং মমিং মথা হোংনা খোয়ুম অপোকপা লাইনা শায়োনবিবগী ব্রাদনি। শরিরেন শরারেন মিংগোনরিবা অসিনি, অপোকপা খোয়ুম মহাক্তি মিৎকুপ অমত্ত কাওবা মথৌ থৌগায় লেপ্তুনা ওইনিংবতা ওইদুনা শায়োন লাংওনবিরিবসিনি, অদুনা পারিখোয় তাইবং চানা খোয়ুম লাইগী পরিংবু লপ্ফেনগে নিংলবদি হাওসম থম্মা লাইজ ঈশোক্লরুগে নিংবা তাগনি।

ফম্বে—অদুগা পম্থৌ, খোয়ুম লাইগী শা ওইরবা যন্দং শমোক অসিবু ঐখোয়না শরেন চন্দুনা খোয়ুম লাইনা ওইনিংবত্রা ?

ওইদুনা থরাই পানবা ওইরিবা লাইগী শায়োন লাইশাবু য়াইবী লৌদুনা ইথুনগী নামুং মঙকৎনরিবা অসিদি খোয়্‌ম মকাইদা লংজরুবা থোক্তুনা অরা তুরৈ ঈরৈ চনকদবরা ?

খুল্লাকপা—খোয়্‌ম মাহাক্তি তাইবং সেমহৈদগী চিন্দম চিঙ্লাক লোইননা কুবিরকপনা তাইবং ঐখোয়গী চিঙ্লাক ওইনা অমদি খাংঙু থক্তা মথরাই মাংনরগনি কুবিথ্রবা তাইবং ঐখোয়গী ওইনা তমবিরক্লবা যন্দংবু ঐখোয়না শরেন চনবদা লংজবা নত্তে ইপা ইপুগী ইনাৎনি, থরাই য়াইবিরেন মহাক্লী ওইয়ু তম্বননি ।

*Light off*

# চঙবা উৎপা

## ( চীংয়ালম্বা )

### অয়ুক

(পাখংবা অমদি মকেং চম্নুনা পোকপা মচানুপা চহি তরেৎতা ঙাইরিবা মপামচা রারি রাতাইনরি)

পাখংবা—পারি কুণ্ডমথৌ, ঙসি ইপাগী মাক্তা খোংলোই তুংইন্নরকপদি ইচাগী শমু হকচাং অদু অরানরবরা পারি ?

কুণ্ডমথো—ইপা ইবুংঙো অরনবদি হায়রুস্থু কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী

খোংদোই তুংইনহনবিয়ু ৱাই কৌবদা হায়জৱোই ঙমদে কৌবদা সোঞ্জৱোই ইপা ইবুংঙো !

পাখংব —পারি কুণ্ডমখৌ, ইপা ৱা হায়গে তাও, ৱখলবু পোকই হায়দুনা পুক্লিং কৌই, পুক্লিং শা হকচাংবু ইনশিন থৌজিল্লি হায়দুনা নিংথৌ কৌই নবুক্লিং নিংথৌবু তাইবংদা নিংগৌ ওইনা খুনবান লৈপাঞ্জহৌনবা ইপাগী য়াৱা তুংইন্না অমদি পলেম নমাগী পাউতাক লৌদুনা নয়ুম য়ুমলেন সানবা নদোম ৱাথন পোক্লবা নবুক্লিং নিংথৌবু শাথৌজবা ঙম্বা ওইজৱো ! নপা ঐদি নোংহৌৱেল থৌগায় মপূগী ময়াথং তুংইন্না তরেৎনবা মশিংবু নপা ঐগী শায়োন লাংওন ওই-ৱকপনা হৌজিক্তি নপা ঐগী শিন্থা মপুংনৱে অদুনা পারি নংগী নথৌ থৌয়ান লমজিংবিরগে। অতিক্কোক তিঙ্কাকোক অমদি অতিনয়া অহাংবা মপু মহাক্লা তাইবং থৱাইনৱিবা থৱাই পানবা শা হকচাং খিবিক্কী য়ুমগী মতৌগুম্না লৈবিরি অদুগা স্নমিৎ, থা থৱাইমিচাক অমদি অপান অৱং পূন্নমক্লা মপু মাগী চশিংলি, নাওরি, মিহুন থাহুন ওইহনবিরি ! মপু মাগী থৌওং কাইকদনা তাইবং শমু হকচাংন থৱাই য়াইবীৱেন মাগী য়ুমগী মতৌগুম্না মপুগী থৌওং পথাপ হোংদনা তাইবং থৱাইনা হকচাং কায়াৎ নুংদা পরিংনরি। অদুগা পারি কুডমখৌ নংনা 'মপু মাগী মতিক ময়াইবু শমু নশা হকচাংগা হকথেংনদুনা খুমন হিংঙম্বা অমম্বা থোয়ুম মগা শাগোন শপক্লহৈদবনা ঈয়ুম মোংবা শংলেন শাদুনা

শমু নশা হকচাংবু খুমন হিঙম্বা খোয়ুমগা চৈথম্নবগী মতৌ'গুম শমু নশাবু থম্নবা অমদি ঙ'রুবা শংলেন কোম্নুং শাদ্রনা লৈপান খুনবাম্নিংঙ'ই ওইদবরা পারি ?

কুঃমথৌ—ইপা ইবুংঙো ইপাগী য়াথং ইঙ্গবনা নচাগী লিচৎ ওইনা হৈনজরক্লবনি, লমলেন করি লমদম্নুং শংলেন কোম্নুং শাগনি ইপা ইবু'ঙো ?

পাখংবা—নোংদা লাইরেন লাইনিংথৌ পাখংবা নপা ঐগী শাক্কোং ফম হয়ি, হয়া, হায়না খুনদিঙ্কম কংলৈপুং ময়োন্দা যুম্পীবেন উরোং যুংদ্রুন শংমেন কেম্নুং শাজৌও পারি।

কুঙমথৌ—ইপা ইবু'ঙো, ইপাগী য়াথংবু চরৈ ফিগাওম্নুংদ য়োম ইংগী মকাইদা য়ারা পাওদমজরুগে, পলেম মাগা শা-খাইবা য়ুথক ব্রাংলেন শাংলক্লে ইপা ইবু'ঙে।

পাখংবা চংলো পারি মালেম ইমানা লুম্বরা পলেম ইমানা মহেল্লি। কোরৌ পন্থৌনা ব্রাংবরা পন্থৌ ইপানা মহেল্লি। হ-হ-হ-তাইবং পুক্লিং........।

---

*Light off*

# নঙবা উংপা

( মকেং সুরুং )
(থবল করবা অহিং)

( মকেং চনু থোদু নুংদা ফমঙনা থাজ মাগা মিংচাননা মচা গী অমদি মাংলমচংকী থোরম কয়া নিংশিংলুবদা রাখল পোৎলুম পুঙমদনা খোঞ্জেল্লনা শৈশকচরি। )

মকেংচনু—ঈশঃ—শল্লে, শরা শল্লে.
তাইবং ওইনা শল্লে,
লনসোৎপিদা লন কুবিরে
পুরে রাখল পোৎলুম, পী ওইনা !
রাখল ঈচেন মুংকাইরে
পুঙমদরে ঈচেলসে ইদোম্না'
মুংকাই ঈচেল শাফুনা
তোরৈনরি পম্বেংননা
পুক্রিং লৈরাই পনখোংদা
কিস্থরি পুক্রিং লৈরাইসে
থাংওমদনা ঈরোম্মুংদা
নিংথাইদৌরে লৈরাইসে
কল্লবা ঈরায় ঈথেংনা

( কুঙমথৌ মী অমনা পুবা ঙমলরোইদবা য়ুম্বী অমা পুদুনা

লাকই মমাগী মনাক্তা দম থারে)

কুঙমথো—ইস। ( অরাবা হন্দোকই ) ইমা।

মকেংচন্নু—পারি ইবুংঙো, করি থোবম পাংথোক্কে নিং, শমু মীকোক অমনা পুঙমলরোইদোবা উজাওবু শাম্ম পঙল মপুংফ্রিবা পারি নরা নংনা খুৎপাই পরে চেৎনা লাক নোরিবা ইচাগী লেংপাক থোংডুনা নমাগী নাক্ত য়োরকপনে ?

কুঙমথো—ইমা ইবেম্মা ঙসি নচানা লেংথোংননা পুজরক্লিবা য়ুম্বী অসে ইপাগী য়াথং তুংহন্ন' থরায় য়াহবীবেন মহাক্কী ঈয়ুংদি শমু হকচাংনা ওইবগুম শমু হকচাংবু শংলেন য়ুম শাডুনা ইশাবু কেন্নবা কোন্নুং শলেন শানবা য়ুম্বীরেন ওইনগে পুজরকপনি

মকেংচন্নু—পারি ইবুংঙো, শংলেন কোন্নুং শানবা থোওং পরিং পথাপ্তি পন্থো নপা ইবুংঙোগা র'বেপ পলেপ্রখ্রব পারি ?

কুঙমথো—শংলেন সকওংদি পল্লেপ্তে, শাফম চৌফমদি পন্থো ইপানা কুবিরে।

মকেংচন্নু—লমলেন করি লমদম্দা য়ুংশা কৈশারোল লেপ্লখি কোলোয় পাওদমলোনে পারি ইবুংঙো থোই-থোইবা।

কুঙমথো—ইমা ইবেম্মা, য়ুমশা কৈশাফমদি কংলৈপুং ময়োন্দা শংলেন কোন্নুং শাজো হায়না তাকপীরে। পলেমগী পুক্লং থোগায় শিন্থা শিল্লম লময়ানবিগনিদো অপোকপী।

মকেংচন্নু—পারিও অথোইব ঙসি কোরৌনোংদ শমু ইশাবু কোন্নবা শংলেন কোন্নুং শাগনি তাবদা মাংলমচৎকী থোদো অমবু নিংশিংদবা ঙমদেদা পারি ?

কুঙমথৌ—করি থৌদোনিনা অপোকপী ?

মকেংচন্নু—নমা ঐগী নুংশাংলোনপরিংনরকঙৈদগী য়্রানি : নমা ঐনা পন্থৌ নপা ইবুংঙোগী নাক্তা তালোই ওইনা লাই ওইম-কপদা মকেং খুল্লাকপা তাক্তনা লৈহৌমকেং ইপা ইখুনবু কুমও-নগীঙ্গিরাৎ থৌরম কৎত্রিঙৈদা চৎনরম কাইন খুনহোংলকপদগী নামা ঐবু পোকপা পন্থৌনা ইখুংগী ন'মুংব' থোক্লে হ য়ডুনা অসাও পরৈ থাংডুনা নমা ঐগী য়াইবী চাইডুনা লুরেন কক্লা শরেন চনগনি হায়না শরি ন'মুংখিব মতঃদ, থৌবা ফম্নে ইবুং অনিনা নম ঐগী লুরেন কক্লবা ইপাগী য়াথং তা'রবদা নমা ঐনা ঈয়ুম মোংবা ইরানয়াই সেৎনরমদাই রাংলেন্দা, পিনা থুমলবা নমা ঐগী মিৎয়েংনা, ঈয়ুম মোংবা ইরানয়াইবু অরোইব ওইনা চিংন মক্তি য়েংলুবদা, ইরানয়াই শংমাইবু মায়োক্লঙৈদা মকেং ইখুনগী চৎনবী ওইনা উখিবা চিরোং হকপা শংমাইবু নামা ঐনা কাওঙমদেদো পারি। অডুনা নংনা শংলেন কোন্নুং শাবদা শংমাই মাংসোক মক্তুদা চিরোং হক্ল শং শাবা ইমানা ওন্থোক্লা পামজৈদো।

কুঙমথৌ—পলেম ইমাগী পুক্লিংনা নচাগী থৌগায় লম্বীনি, পন্থো ইপাগী য়াথংনা নচাগী শিন্থানি। পলেম পন্থৌ অনিগী নপারি নাল্লা ওইবনা, শংলেন কোন্নুং শং শাবদা শংমাইদা চিরোং হকপদি পুলেম পাইমা মুংগী য়াল্লা ওইবনিনা নপারি-গীম্ন হিকতোকক্তরবা থৌরমনি, তাইবং কনানস্নু ককঙমল-য়োইদবা নচাগী থৌগায় লম্বীনি।

মকেং চম্মু—পরি কাইদবা মপাগী মচানা পথাপ হোংদনা থোইঙ্খবা
তেংবানবা মপুনা কুবিসম্মু !
* (মমানা মচাবু ম্মুংশিনা কোন্দুনা মিৎয়েংনজৈ)

---



লোইরবা